ꯃꯤꯇꯩꯂꯣꯟꯒꯤ ꯏꯇꯤꯍꯥꯁ
ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯔꯥꯅꯥꯟ

# মীতৈলোনগী ঐতিহাস অমসুং ৰানান





দা. শাপম তেম্ব

# ''কচবা''

'' মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান ''
কৌবা লাঈরীক অসী মীতৈলোনবু নুঙসীবীবসীঙগী মফমদা
নোল্লুক্লা কচবী ।

*অঙৈবা*

# মীতৈলোনগী
# ঈতীহাস অমসুঙ বানান

দা. সাপম তোম্বা সীঙহ

**রাঈতর এন্দ পব্লীসর**
তেরা সাপম লৈরক, ঈম্ফাল, মনীপুর

# মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান

অফোঙবা ঃ মনীপুরী বাঈতবস এসোসীয়েসন, ঈম্ফাল ।
অহানবা ফোঙবা ঃ আগস্ত ১৮, ১৯৯৮ ঈঙ

কপী মসীঙ ঃ ১১০০/-
মমল ঃ লুপা ৬০/ (হুম্ফু)

মখুম যেকপা ঃ জে সী. এস. সগোলবন্দ, ঈম্ফাল ।
মখুম লামীনেসন ঃ সী. সী. পী., সগোলবন্দ, ঈম্ফাল
নম্ফম ঃ সী. সী. পী., সগোলবন্দ ঈঙুদম লৈকাঈ, ঈম্ফাল , তেলীফোন নম্বর - ২২৯৮২৮

## Meeteilongee Etihas Amasung Banan

*Published by* **Manipuri Writers Association, Imphal**
*First Edition* August 18, 1998
*Copyright* Writer
*No of copies* 1100
*Price* Rs 60/ (sixty) only
*Cover designed* J C S Sagolband, Imphal
*Cover Laminated* *C C P*, Sagolband, Imphal
*Printed at* ***C C P***
Sagolband Ingudam Leikai
Imphal 1, Tel # 229828

**MANIPURI WRITERS ASSOCIATION**
IMPHAL

IMPHAL

# এসোসীয়েসনগী মাঙ্গৈকেদগী

হৌখীবা খ্রী কুম ১৯৯৫, ফেব্রুৱারীগী তাঙ ১৬ তা মনীপুরী লোল, সাহীত্য অমসুঙ সঙস্ক্রুতীবু নুঙসীজবা মীওয় খরনা পুনসীল্লগা "মনীপুরী রাঙ্গৈতরস এসোসীযেসন" কৌবা লুপ অসী সেমখী। হৌদোকসেল ওইনা লুপা লীসীঙ য়াঙখৈ-খক বেঙ্কতা ফীকস দীপোজীত থম্লগা লীঙখতখীবা লুপসীগী মপুঙ ওয়বা পান্দমদী মনীপুরী লোল, সাহীত্য অমসুঙ সঙস্ক্রীতীবু য়োকখততুনা অৱাঙবা থাক্তা পুখতনবা হোতনবনী।

পান্দমসীগী মখাদা এসোসীয়েসনসীনা মনীপুরগী সক্লাঙ্গৈরবা অঙ্গৈবসীঙগী মমল য়াম্লবা লাঙ্গৈরীকসীঙ লেপতনা পুথোক্লী। হন্দকসু এসোসীয়েসনগী মাঙ্গৈকেদগী দা. সাপম তোম্বা সীঙহন। ঈবা লাঙ্গৈরীক "মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান" কৌবা লাঙ্গৈবীকসী মীযামদা লানথোকচবী। মসীনা এসোসীযেসনসীগী মরীসুবা লাঙ্গৈরীকনী। লাঙ্গৈরীক অসী মীয়াম্না তরাম্না ওকপীগনী নীঙজৈ। লাঙ্গৈবীকসীদা ঈরীবা বানানগী মওঙ অসীদী অঙ্গৈবা মসাগী মতনী।

**দা. সগোলসেম লনচেনবা মীতৈ**
সেক্রেতরী
মনীপুবী বাঙ্গৈতবস এসোসীযেসন, ঈম্ফাল।

ঈম্ফাল
১১-৮-৯৮ ঈঙ

# ৱাহৈ খরা

**দা. সাপম তোম্ব** না ঈবা 'মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান' কৌবা লাঈরীক অসী পাজরে। লাঈরীক অসীদা মীতৈলোনগী ঈতীহাসপু (১) অমম্বা মতম (খ্রীস্তগী অহানবা চহীচাগী মমাঙ), (২) অঙনবা মতম (১-১২৬৩), (৩) ময়াঈ ওয়বা মতম (১২৬৪-১৮২৫), (৪) অনৌবা মতম (১৮২৬ তগী হৌজীক ফাউবা) হাঈনা তাঙ্কক মরী থোক্লা খাঈদোকতুনা নৈনরী।

লোন অমসুঙ সাহীত্যগী ঈতীহাস হাঈবসী অরীবা সাহীত্য (লাঈরীকসীঙ) অমসুঙ লোনগী মতম লেপ্পদা চঙদবা য়াদ্রবা মচাক্লী। মীতৈলোনগী সাহীত্যগী ঈতীহাসতী খরা লৈরে অদুগা লোনগী ঈতীহাসতী পুথোক্লরকপা থেঙনদে। *দা. সাপম তোম্ব*গী লাঈরীক অসীনা মীতৈলোনগী ঈতীহাসকী অহানবা লাঈরীকনী হাঈনা লৌজে। লাঈরীক অসী অহানবা ওয়বনা খরা কুপথনা, পাক চাউনা ঈবা লাঈরীক অমা ওয়দ্রবসু হীরম অসীদা চঙসীন্দুনা য়াম্না থৌনা ফনা ঈবীরকপা অসীগীদমক থাগতচরী। লাঈরীকসী মীযাম্না তরাম্না ওকফম থোকঈ।

হৌজীক বাঙ্গালী ময়েক সীজন্নদুনা মীতৈলোন ঈবসীদা খুদোঙচাদবা কয়া থেঙনরী, মসীগী মবুওযবা মবম অমদী মীতৈলোন্দা খোনথোক লৈতবা ময়েক ময়াম লৌসীন্দুনা সীজন্নবদগীনী। মরম অদুনা মীতৈলোন্দা খোনথোক লৈতবা ময়েকসীঙবু লৌথোক্লবা হৌজীক লোন্নরীবা মীতৈলোনগী খোনথোক্কা চান্নহল্লগা বানানগী খুদোঙ চাদবা

কয়া কোক্কনী হাঙ্গবসী অঙ্গবনা মীতৈলোনগী খোনথোক্কা চানবা ময়েক অদুমখৈদঙ লাঙ্গরীক অসীদা সীজন্নদুনা চপ-চানা উতলে।

বাঙ্গালী ময়েক্কী মহুততা মীতৈময়েক সীজন্নবগী ঈহৌ অমা লৈবগা লোযননা মনীপুব সবকাবনা খ্রীস্তাব্দ ১৯৯৭ তগী হৌনা প্রাঙ্গমারী ক্লাস্তা মীতৈময়েক তমহনবা হৌখ্রে। চহী খবগী মতুঙদদী য়ুনীভর্সীতীগী থাক ফাউবদা মীতৈময়েক তম্নবক্কদৌবী ।

সরকাবনা প্রাঙ্গমারী থাক্তা তমহল্লীবা মীতৈময়েক অসী লোল অসীগী খোনথোক্কা চাননা খন্দোক্লবা হক ব্যনজন ময়েক ২৪ অমসুঙ নীঙসা স্বর ময়েক ৬ অদুনী । লাঙ্গরীক অসীদা সীজন্নবীবা ময়েকসীঙ অসীগা করীসু খেন্নবা লৈতে। অঙ্গবনা "ঐ — ঔ" ময়েক অনী অসীগা থাবগা নীঙসা ময়েক ৮ নী হাঙ্গনা হাঙ্গবতনী। অদুনা চহী খবগী মতুঙদা বাঙ্গালী ময়েক্কী লাঙ্গবীকসীঙ অসী মীতৈ ময়েক্তা ওনথোকপা তারক্কনী। মতম অদুদা *দা. সাপম তোম্ব* গী ব্রাফম অসী য়ানদুনা বাঙ্গালী ময়েকসীঙগী মনুঙদগী মীতৈলোনগী খোনথোক্তা লৈতবা ময়েকসীঙ লৌথোকহৌববদী হয়েঙ মতম অমদা (তৃঙগী মীবোন্দা) খুদোঙ য়াম্না চাগনী হাঙ্গবসী থাজজে। অসুম্না মাঙজৌননা থৌনাফনা বানানগী পোরম কাঙলকপগীদমক স্রী তোম্ববু অমুক্কসু হন্না থাগতচরী ।

*ডবলীউ. তোমচৌ সীঙহ*

১২।৮।৯৮ ঈঙ — ব্রাঙখৈ, ঈম্ফাল।

# অঙৈবগী ৱারোল

লাঈরীক অসীদা ঈরীবা 'বানান' অসী অপাবসীঙগী মীততা হৈনদবা অমা ওঈনা থোকপদী য়াঈ। অদুবু নাকোঙনদী সোয়দনা হৈনগনী/য়াগনী হাঈনা খনজে। বানান হাঈবসী মীতনা য়াবা/য়াদবা, নাকোঙনা হৈনবা/হৈনদবা, অঙৈবা অমসুঙ অপাবা অনীগী মরক্তা পাউ ফাওনবা অমদী ৱাগী মতাঙগী মতুঙঈন্না অর্থ খঙহন্নবগী পান্থে (অঙৈবা) মওঙ অমনী।

বাঙলা মযেক্না মীতৈলোন্দা য়াওঙ ঈনলকপনীনা মসীগী (বাঙলা মযেক্কী) হৈনবী, লমচত অমসুঙ মসক্তা অহোঙবা/অওনবা কযা লৈফম থোকঈ নত্ত্রগা কয়া থাদোকুনা ঐখোযগী লোনগী পোমীত য়েঙনা খোনথোক্কা চান্নবা মওঙদা ওনথোকপা /মসক হোঙবা (ঙ্ক , ঙ্গ , ক্ত, ত্র, ন্থ , হ্ম) সেমদোকুনা খঙবদা হেন্না লাঈনবা হোতনগদবনী। খুদম:- ঙ্ক, ঙ্গ, ক্ত, ত্র, ন্থ (নথ), হ্ম অসীনচীঙবা।

হৌজীক-হৌজীক মীতৈলোন ঈননবা লৌসল্লীবা বাঙলা মযেক (মীতৈলোন ঈনবীবা বাঙলা মযেক) অসী পুন্না ৫৩ নী। (যেঙ : ২সুবা সরুক, লা: ৪৬) মখোযসীঙ অসী মীতৈলোন্দা লোযনা সীজন্নদবনা মীতৈলোনগী বানান চুন্না/মসক মান্নবা ওযহনগনী।

লাঈরীকসীগী অনীসুবা সরুক্তা "মীতৈলোনগী বানান" হাঈবা তাঙ্কক অমা থমদুনা হৌজীক ঈনরীবা/সীজন্নরীবা বানানগী ওযবা ৱাফম কয়া কুপ্না নৈনবগা লোয়ননা — "**পোরম কাঙবা**" হাঈবা মতাঙ

অমসু হাপ্পী। মসীদা মীতৈলোনগী খোনথোক্কা চান্নবা ময়েকতমক ঈবা/ সীজন্নবা অদুগা ময়েকসীঙসীগী তপ্পবগী চতনবী অমসু উতলী। অদুগা লাঙ্গীরীকসীগী অরোয়বা সবুক্তু। মনীপুর সরকারনা লেপ্পা/সেম্বা বানানগী পাথাপ অদু গেজেত নম্বরগা কোন্ননা হাপ্পী। মসীগী মরমদী চতন-পথাপ অসীনা হৌজীক ঈনরীবা মীতৈলোনগী বানানগী মসক (লানবা, চাঙ-মান্নদবা) অসী কোকহনবা ঙম্মীত্রা হায়বদু য়েঙননবনী।

মীতৈলোনবু-মীতৈময়েক, দেবনাগরী, রোমান অমসুঙ তোঙান-তোঙানবা ময়েকসীঙনা ঈবা মতমদা- নুঙদা, সেল ময়েক্তু-হকপা, মীতৈচেদা ঈবা পুয়াসীঙ অসীদা বানানগী মসক মান্নদবা (ৱাহৈ অমবু তোঙান-তোঙানবা) বানানগী মওঙদা ঈবা থেঙনৈ। খুদম : মীতৈ, মৈতৈ, ময়তয়, ওক, ৱোক, মহৈ, মহয়, মখোয, মখোই, মাহোয়, মহোই, থম্মোয়, থম্মোই, থমোই, থমোয় অসীনচীঙবা। হাঙ্গীরীবা বানান মান্নদবা/লানবা অসী লৈবনা করম্বনা অচুম্বা ওযগদগে হাঙ্গীবদু খঙবদা লুনা থোকঈ। মীতৈ মাঙ্গীচৌসীঙনা মানা মানা নীঙবা/ পাম্বা মতনা অচুম্বা ওযহল্লী নত্রগা লৈ থাঙগনবা ( অরুম- অয়াঙ য়েঙবা হাঙ্গীবদী তোনগী মওঙ য়েঙলগা খুতলাঙ্গীদী য়াওদনা) তাক্লবা হোতননৈ। মরম অসীদগী অঙ্গীবা অমগা নত্রগা অপাবা অমগা অমগগী মরক্তা ময়েক্কী লুম্বা য়াঙবা মান্নদবা লৈ। অমগী অবুম্বা তোন (ময়েক) অদু অমগীদা অযাংবা তোন (মযেক) ওয়। খুদম:- হিবম -হীবম, থমোই-থমোয, পুবা-পূবা অসীনচীঙবা মওঙ অসী মসক মান্নদবা হাঙ্গীবদী বানান লানবগী খুদমনী। হাঙ্গীবীবা ৱাফমসীঙ অসীগী মথক্তুসু অঙ্গীবা, অপাবা মীদুগী হৈনজবী বানান হাঙ্গীবা অমসু মনীপুবদা চতনবী।

খুদম:- চাবা-চাব, চাউবা-চাওব, তাইবং-তাইবঙ, মনি-মণি অসীনচীঙবা।

মথক্তা পীরীবা ব্রাফম ময়ামসীদগী মীতৈলোনগী ব্রাহে অমগী অঙীবা মসক তোঙান-তোঙান্না লৈবা (বানান মান্নদবা/লানবা) য়াম্না থেঙনৈ। ব্রাহে অমগী ঈবগী মসক/বানান মান্নদবা অসীবু বানান লানবা হায়ীনা লৌনৈ/খঙনৈ।

মহৌসাদগী চতনরকপা কয়া নৌনা সেমদোকতুনা হেন্না ফগতনবা হোতনবসু চতনৈ। মসীমক তসেঙনা লাঈবক য়াম্না ফবনী। লোন অমগী বানান (ঈবগী চতনবী) অসী অরেপ্পা মসক অমা তঙাঈফদনা লৈগদবনী। মসী লৈত্রেবদী লোন অদু চাউখতপা ঙমদে নত্রগা চাউখতপা লোন্নী হায়ীনদে। মরম অসীনা অঙীবগী '**পোরম কাঙবা**' হায়ীবা মতাঙ অদুগা মনীপুর সরকারনা লেপ্পা বানানগী চতন-পথাপ অদুগা চাঙদমদুনা য়েঙবীরগা করম্বনা ফগদগে/হেন্না বৈগ্যানীক ওয়বগে হায়ীবসী লেপ্পীনবা অখঙ-অহৈসীঙগী মাঙদা থমজরী।

বানান হায়ীবসী ঈরীবদুগা-পারীবদুগা অমতা ওয়বা (১=১) নত্রগা খরা নকসন্নবদুনা হেন্না ফবা অমসুঙ অচুম্বনী হায়ীনা লৌনৈ। অমরোমদা বানান হায়ীবসী যানবা অমগী মওঙনী। মহৌসাদগী চতনরকপা কয়াসু নৌনা সেমদোকপদা হেন্না ফগতপা/ফততবসু য়াওঈ।

অতোপ্পা অমনা লাঈরীক অসী ঈনবা হোতনবদা মরুওঈনা বানানগী মতাঙ অসীগী চাঙয়েঙ তৌবদা মতেঙ পাঙবীখীবা মনীপুরী

মসঙগী মহৈরোয়সীঙবু অহানবমক্তদা থাগতচরী। মথঙদা মসঙ অসীগী ওজাসীঙগা তাথোক-তাসীন তৌবদা কান্নবা পাউতাক পীবীরকখীবা ওজাসীঙগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উতচরী।

লাঈরীকসীগী মরমদা পুক্লীঙ থৌগতনা ঈবীরকখীবা ঈকাঈ খুম্নজরীবা ৱাঙথৈময়ুম তোমচৌ সীঙহ্বুসু হন্না-হন্না থাগতচরী। লাঈরীক অসী পুথোক্লবা হোতনবদা অচৌবা থৌদাঙ লৌবীখীবা ঐগী ঈনাও অজীত থীয়াম, ***সী. সী. পী.*** গ্রুপ (লাঈরীক নম্ফম) অমসুঙ মখুম য়েকপীখীবা জে. সী. এস. বুসু হন্না হন্না থাগতচরী।

অরোয়বদা লাঈরীক অসী নম্বদা চঙগদবা সেলগী অচৌবা মতেঙ পাঙবীরকপা "মনীপুরী রাঈতরস এসোসীএসন, ইম্ফাল" বু ঙমখৈ লৈতনা থাগতচরী।

তাঙ ১৫ । ৮।৯৮ ঈঙ *অঈবা*

# অফোঙবগী মাঙৈকৈদগী

**প্রো. এস. তোম্বা সীঙহ** না ঈবা " মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান " কৌবা লাঈরীক অসী মনীপুরী / মীতৈলোন নৈনবা মীওঈসীঙদা কান্নবা খরদী সোয়দনা পীগনী হায়না থাজৈ। লাঈরীক অসী মপুঙওইনা "মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান " গী মতাঙদা ঈবনী। অহানবা তাঙ্কক্তা মীতৈলোনগী ঈতীহাস হায়বা সরুকসী সমলপ্লা ঈ অদুগা বানানগী মতাঙ অসীমদী খরা নীঙথীনা নৈনরে হাঈনা খল্লী । হৌজীকফাওবদা মখলসীগী ওঈনদী লাঈরীক অসীনা অহানবনী। মসীগী অফ-ফততা কয়া লৈরবসু / য়াওরবসু লোনবু নুঙসীবীবা খ্বাঈনা তরাম্না ওকপীগনী হায়না খনজৈ ।

*অফোঙবা*

১৫ । ৮ । ৯৮ ঈঙ

মনীপুরী বাঈতবস এসোসীয়েসন,
ঈম্ফাল ।

# য়াওফম

# মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান

মীতৈলোন অসী কয়া য়াম্না লীরবা/কুঈরবা অমসুঙ কদাঈদগী লাকপা লোননো ? ৱাহঙ অসী মীয়াম্না খঙনীঙনা হঙনরীবা ৱাহঙ অমনী। অদুবু মসীগী চপচাবা পাউখুম পীবা/ফঙবা ওয়থোক্তে। ৱাফম অসী মীতৈলোন মথন্তগী ৱাসু নততে। মালেমসীদা লৈরীবা লোন খুদীঙমক্কী ওয়বা ৱাফমনী। ঙসীফাউবদা কনামত্তনা করীগুম্বা লোন অমগী অকক্নবা অরেপ্পা হৌরকফম অমসুঙ হৌরকতম পীবা/তাকপা ঙম্মদরী। পুম্নমক চাউরাকপা ওয়থোকপা য়াবা অমা পীরগা/লেপ্লগা/ফঙলগা পেন্নবা/য়ানবা ঙাকুনী।

মীতৈসীঙনা থাজৈ, মখোয়না লমদম অসীদা লৈরকঙৈদগী/খুন্দারকঙৈদগী ঙাঙনরকপা/ঙাঙনরকলীবা লোন্দী মীতৈলোন অসীনী হাঈনা। ৱাফম অসী মখাদা নৈনরক্কদৌরীবা মতাঙসীঙ অদুগা পুন্না য়েঙলগা অচুম্বা ওয়বসু য়াঈ হাঈনা খল্লী। মরমদী লমদমসীগী ঈতীহাসতা মীতৈলোন অসী নত্তবা অতোপ্পা লোন অমনা "লৈবাক্কী ওয়বা লোন" (State language) ওয়না ঙাঙনরম্বা/চতনরম্বা লৈখীদে। মতাঙসী পন্দীত এন. খেলচন্দ্র না অসুম্না হাঈরী- "*ঐখোয়না নিংশিংবদা লাম্বা ফংদ্রবা মতমদগী হৌনা মৈতৈরোন্না লৈবাক অসিগী রাজ ভাষা (Court language) ওইরক্লবনি। খৃস্টগী তরামাপলশুবা শতাব্দীদা ভারতবর্ষদা পানবা বৃটিশ সরকারগা মণিপুরগী নিংথৌশিংগা মরুপ ওইনদুনা লৈবাক অনী অসি মিত্ররাজ্য ওইনা লৈমিন্নরম্মী। মতম অদুদা কলিকাতাদা বৃটিশ*

*ইন্দিয়াগী (ভারতকী) কোনুং ওইরম্মী অদুগা ইম্ফাল অসিনা মণিপুর সনা লৈবাক্কী কোনুংনি। মণিপুরগী কোনুং ইম্ফালদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট অমা লৈ অদুগা মণিপুর মহারাজগী ফমনাইবা অচৌবা (মেজোরগুম্বা) অমা মতম অদুগী ভারতকী কোনুং কলিকাতাদা মণিপুরগী এজেন্ট ওইনা লৈ। মণিপুরগা হেক ত'ইনবদা লৈবা বৃটিশনা লৌশিল্লবা লম কাছাড়গী লখীপুর কৌবা মফমদসু মণিপুরগী এজেন্ট অমা থম্মী। মণিপুরগী মহারাজগী অথু-অকাইগী পার্ট অয়াম্বা মণিপুরগী মপানদা লৈবা এজেন্ট অনী অসিগা চৎনৈ হায়বসি খৃষ্টাব্দ: ১৮৮৬ মে থাদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে: সি: এস: আই: নোংগারবদা বৃটিশকা মণিপুরগা চৎনবা পার্টদগীসু খঙই।"* [১] লমদম অসীদা অবা অমদী ব্রীতীসকী খুতথাঙ লৈঙাক কযা লৈবম্বা/চৎলম্বা মতম অদু ফাউবদা মীতৈলোননা 'লৈবাক্কী ওযবা লোন' ওযনা লাকখী। অসুম্না মীতৈলোন অসী চাউবাক্লা চহী ২০০০ (লীসীঙ অনী) বোম লমদম অসীদা ঙাঙনবক্লবা লোন্নী। মবমসীনা লোনসীগী মসক্তা অমদী বাহন্দা অহোঙবা/অওনবা কযা লাকখ্রে/লাক্লী। মসীগী বাহৈ পুকৈদা নীঙথৌজা, খুমন, লুৱাঙ, অঙোম, মোযবাঙ, নাগা, কুকী, পোঙ, সান্নচীঙবগী ৱাহৈ কযা চঙখ্রে। সম্না হাঙবদা মযামসীনা পুনসল্লবা মসক অদুনা মীতৈ লোনগী হৌজীক ওযবীবা মসক অসী ওযবনী।

## *লোনগী কাঙলুপ*

মালেমসীদা লোন কয়ামরুম ঙাঙনবী। মীতৈ রাইহেদা "লৈকাঈ অমা সৈসক (লোন) অমা" হাঙ্গনবা বা লৈ। হাঙ্গবদী লম, ধর্ম্ম, মী কাঙলুপ কয়াগী তোঙান-তোঙানবা লোন লৈনৈ। অদুগা লোন অমখক্তগী মনুঙদসু লম অমগা লম অমগা মান্নদবা মসক কয়া অদুম উবা ফঙঈ। অদুম ওয়নমক মান্নদবসীঙ অদু তোঙানবা লোন অমা ওয়নদী লৌনদে, হাঙ্গবদী লোন অদুগী লোনথৈ (Dialect) ওয়না লৌনৈ।

মালেমসীদা ঙাঙনবীবা মরু ওয়বা লোনসীঙগী মসীঙ অসী অখঙ-অহৈসীঙগী মত মতুঙঈন্না- চাউরাক্না ২৭৯৬ লোম ওয়গনী হাঙ্গনা লৌনৈ। অদুবু য়াম্না কুপ্না নৈনববদী/থীরবদী হাঙ্গরীবা মসীঙ অসীদগী সোয়দনা হেনগনী। অদুবু মসীঙ থীদুনা নৈনবগী মহুত্তা হাঙ্গরীবা লোনসীঙ অসীগী মখল/কাঙলুপ খাঙ্গদোক্তুনা সমলপ্না তাক্লগা মীতৈলোন অসী করম্বা কাঙলুপকী মনুঙ চনবগে হাঙ্গবদু তাকনবা হোতনরী। অহানবদা লোনগী কাঙলুপ/সাগৈ মতৌ করম্না খাঙ্গদোক্লবগে হাঙ্গবদু সমলপ্না মখাদা পীরী ঃ

(ক) লমখৈগী মতুঙঈন্না লোনগী কাঙলুপ/সাগৈ খাঙ্গদোকপা
(খ) জাতী/ধর্ম্মগী মতুঙঈন্না ,, ,,
(গ) লৈবাক লমখৈ (দেস) অমগী মতুঙঈন্না ,, ,,
(ঘ) মতমগী মতুঙঈন্না (অবীবা মতম, অনৌবা মতম) ,, ,,
(ঙ) লোনগী মওঙ মসক্কী মতুঙঈন্না ,, ,,

মথক্তা পীরীবা/ঈরীবা লোনগী কাঙলুপ/সাগৈ খাঈদোকপগী মওঙ অসীগী মনুঙদা মঙাসুবা (ঙ) অসী নত্তবা অতৈ অসীদী অয়াম্বা অখঙ অহৈসীঙনা য়ানদ্রে। মরমদী জাতী/ধর্ম্ম/লম/লৈবাক অমগী মনুঙদা লোন ময়াম ঙাঙনবা মী কাঙলুপ ময়াম তোতনদুনা লৈ। খুদম ওয়না - মনীপুরী লোন অসী মীতৈ, মীতৈ পাঙল, চীঙমী, খুমন, চকপা, চেঙলৈনচীঙবা মীওয় কাঙলুপ (ধর্ম্ম/জাতী) তীন্নদবা কয়ানা ঙাঙনৈ। অসুম্না বাঙলা, হীন্দী, মরাথীনচীঙবা লোন কয়াসু জাতী/ধর্ম্ম অমসুঙ লমখৈগী ৱাঙমদা ঙাঙনবা লোনসীঙনী। পনজাবী, ঈঙলীস অমসুঙ মলয়ালম ঙাঙবা মী কয়া মালেমগী তোঙান-তোঙানবা মফম কয়াদা লৈরী।

মথক্তা খাঈদোক্লীবা মখলসীঙ অসীগী মনুঙদা হৌজীক লোন নৈনবা অখঙ অহৈসীঙনা য়ানরীবা মওঙদী - মঙাসুবা মখল অসীগী মতুঙঈন্না লোনগী মসাজন, সাজত মসক-মওঙ মান্নবা/নক্লবা অদু য়েঙলগা কাঙলুপ/সাগৈ খাঈবা মওঙ অসীনী। মসীগী মতুঙঈন্না মখল খাঈদোকপনা চুমঈ হাঈনা লৌনরে। মরমসীনা হৌজীক নৈনরক্লদৌবীবা মীতৈলোন অসীসু হাঈরীবা মসক-মওঙগী মতুঙঈন্না কাঙলুপ/সাগৈ খাঈদোকপা মত অদুগী মতুঙঈন্ননী।

মীতৈলোন অসী G.A. Grierson না কুকী চীন কাঙলুপকী মনুঙ চল্লী হাঈনা মত পী। অদুগা P.K. Benedict নদী Tebeto Burman গী Kuki-Naga কাঙলুপকী মনুঙ চল্লী হাঈ। শ্রী নন্দলাননসু হাঈরীবা মতসী য়াঈ " Manipuri is the most widely used Tebeto-Burman language of India" (Nandalal, 1987, p. 1)

মতৌ অসুম্না লাঈরীকসীবু ঈবীবা ঐহাক্কী মতসু হাঈরীবা কাঙলুপ অসীগী মনুঙদা মীতৈলোনসীসু চল্লী হাঈবসীনী। মরমদী হাঈরীবা লোন অসীগী Genetically (হৌরকফম) য়েঙবদসু অমত্তা ওয়গনী থল্লী। লোন সাগৈ/কাঙলুপ অসীগী মনুঙদা লৈরীবা লোনসীঙগী-ৱাহৈ, খোনথোক, খোলহাঈ (Tone) অমদী Grammatical items - Gender, tense, Number, Person অসীনচীঙবা থাক (level) কয়াদা মান্নবা লৈ। খূদম —

| মনীপুরী | বর্ম্মীজ | কুকী/নাগা | তীবত |
|---|---|---|---|
| মী (মীপোঙ) | মী/পোঙ | মী | মী |
| ঙা | ঙা | ঙা | ঙা |
| অমা | অমা | অমা | অমা |
| চে | চে | চে | চে |

*অসীনচীঙবা ।*

তীবতো বর্মন হাঈবা লোন কাঙলুপ অসী হীমালয চীঙজাউগী অৱাঙ নোঙপোকলোমদা সন্দোরক্লীবা মসা মরেঙ (চীঙসাঙ যাপোমসীঙ) অসীদা লৈবা/তাবা মবু ওযনা তীবত্তকী বর্মা ফাউবগী মনুঙদা লৈরীবা মী কাঙলুপসীঙ অদুনা ঙাঙনর্বাবা লোনসীঙদুনী। মসীগী মনুঙদা (মনীপুবী-মীতৈলোন) অসী যাম্না মবুওয়বা অমনী। মবমদী মসীগী লোন, ময়েক, সাহীত্য অমসুঙ সঙসক্রীতীগী লীববা অমসুঙ মপুঙ ফাববা ঈতীহাস অমা লৈ।

মনীপুরগী ঙল্লৗৈঙগী মমীঙ ঔৱা লৈবাক্কী মীনা কতে কৌঈ, তেখাও লৈবাক্কী মীনা (আসামীসীঙনা) মেখলা, মেখলে নত্রগা মেখলী দেস কৌঈ। ঈঙরেজসীঙনা করীগুম্বদা মেখলী হাঈবগী মহুত্তা মিকলী (Meckly) হাঈনা ঈরম্মী, কাসারীসীঙনা মোগলী হাঈনা কৌরম্মী। অসুম্না খেন্নবা কয়া লৈরবসু লমগী মমীঙদী অমবু কৌরবসু অমবু কৌরবসু থোয়না কাঈদে। লমদমসীগী মীয়ামগী ওয়বা লোনদী মীতৈলোন্নী হাঈবসীদী অসেঙবনী। মতম অদুদা ঙসীগী মনীপুরগী ফীভম অসী ওযবমদবা য়াঈ। কাঙলুপ মচা-মচা অমদী লোন তোঙান-তোঙানবা কয়া লৈরমগনী। অদুম ওয়নমক মীতৈলোন অসীনা লমদমসীগী অপুনবা লোন ওযদুনা লাকপনী। নীঙথৌজা, খুমন, লুৱাঙ, চকপা, চীঙমী ঈচীন ঈনাউসীঙ, মীতৈপাঙল অসীনচীঙবা ময়াম অসী হাঈরীবা লোন (মীতৈলোন) অসীদা অমগা-অমগা ৱাৰী-ৱাতাঈ সানবা, পূক্লীঙগী অনীঙবা-অপাম্না ফোঙদোক্লদুনা চান্ন-চীন্ননা লৈমীন্নরকপনী। হাঈরীবা কাঙলুপসীঙ অসীগী ৱাহৈ ৱাতা কয়াসু মান্নে। (য়েঙ-লাঃ ৫)

মীতৈলোনগী হৌজীক লৈরীবা / উরীবা অপুনবা মসক-মসাজন (structure) ৱাহৈপুৰৈক্কে (vocabulary), খোলহাঈ (tone) অসীনচীঙবা থাক কয়াদা মথক্ক হাঈখীবা তীবতো বর্মন লোন কাঙলুপকী মনুঙদা লৈবা লোনসীঙগা য়াম্না নকসীন্নে।

'মীতৈলোন' হাঈবা ৱাহৈ অসী 'মীতৈ' অমসুঙ 'লোন' হাঈবা ৱাহৈ অনীসীনা পুল্লগা (মীতৈ + লোন = মীতৈলোন) সেম্বনী। 'মীতৈ' হাঈবা ৱাহৈ অসীনা মনীপুরগী মরুওয়না তম্পাক্তা লৈবা মী কাঙলুপ

অমবু খঙনৈ। অদুগা 'লোন' হায়বসীনা মীওযবা অমদী অতৈ থৱাঈপানবসীঙগী পুকনীঙগী অপাম্বা অদু ফোদোক্লবা (ঙাঙথোক্লবা) পাম্বে অমনী। 'লোন' হায়বা ৱাহৈসীগী অতোপ্পা খোন্থোক 'বোন' হায়বা খোনথাঙ (এলোর্মোফ) ৱাহৈ অমা লৈ। অদুবু 'লোন' হায়বসীনা ওল্লীবৈঙে মতমদগী সীজন্নবকপগা লোয়ননা হৌজীকসু মপুঙফানা সীজন্নরী। অনৌবা মীতৈলোন্দা 'লোন' নত্ত্রগা 'রোন' সীজন্নবদা করীগুম্বা ৱাহন অমত্তা খেন্নবা লৈতে। খুদম-মীতৈলোন-মীতৈরোন। 'বোন' হায়বসী 'লোন' (ল>র) দগী পোকলকপনী। অদুমকপু লাঈবীকসীদা 'লোন' হায়বা ৱাহৈসীদা সীজন্নবী। 'লোন' অমসুঙ 'মীতৈ' হায়বা ৱাহৈ অনীসী হকথেঙনবা মৱী লৈনদে। অদুবু ৱাহৈ অনীসী পুল্লগা (মীতৈ + লোন = মীতৈলোন) অপুনবা ৱাহৈ ওয়না সীজন্নবদগী মীতৈতগী ওয়বা লোন 'মীতৈলোন' হায়বা ৱাহন অসী পী। অদুম ওয়নমক মীতৈলোন অসী মীতৈতনা ঙাঙবা লোন অমদী নত্তে, হায়বদী মীতৈলোন অসী ওল্লীবৈদগী মী কাঙলুপ কয়ামুক্লা - চকপা, খুমন, নীঙথৌজা (মঙাঙ), মোযরাঙ, মূসলীম, চীঙমীসীঙনচীঙবনা ঙাঙনবা 'লোন' অমনী।

**'মীতৈ'** হায়বা ৱাহৈ অসী মী অমসুঙ অতৈ হায়বদী **মী+ অতৈ** (কাঙলুপ ময়াম পুল্লগা) 'মীতৈ' ওযখীবনী। মৱুওয়না নীঙথৌজা, (মঙাঙ) খুমন, অঙোম, লুবাঙ, মোয়বাঙনচীঙবা মযাম্না পুল্লগা ওয়রকপা/থোকলকপা অনৌবা মী কাঙলুপ অদুবু 'মীতৈ' হায়না কৌনখী। (মতাঙ অসী 'মীতৈলোনগী অনীসুবা মতম' হায়বা তাঙ্কক অদুদা সন্দোক্লা ঈবী।) 'মীতৈ' হায়বা ৱাহৈ অসী পন্দীত

ও. ভোগেসোরনা সম্পাদন তৌবা নীঙথৌরোন লম্বুবা লা. ১ দা য়াওরী "মীতৈ লৈমা লৈনাওতাবী" ২ হাঙ্গীনা অদুগা পোয়রৈতোন খুনথোকপ অদুগী লা. ৩২ দসু পোয়রৈতোননা মী মথঙ মথঙ সীনথা পীরকপা মতাঙ অমদা হাঙ্গ "নয়ুম পোইরৈ মীতৈ ওইগদবা নঙদি নয়ামা ঙাইবদী লফুৎ লৈনা থাও য়োইচপন্নখিও।"৩ মতাঙসীগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলীবদী 'মীতৈ' হাঙ্গবা ৱাহৈ অসী য়ামদ্রবদা পোয়রৈতোননা খুনথোকলকপা মতম (চাওরাক্লা অহানবা চহীচা) অদুৱাঈদগী লমদম অসীদা সীজন্নবা/ঙাঙনবা হৌরক্লে হাঙ্গবসীনী।

মীতৈলোন অসী হৌবদগী ঙসীফাউবদা অহীঙবা লোন ওয়না লৈরক্লী হাঙ্গবদী হীঙলী। মরমসীনা মসীগী মনুঙ (ৱাহন) অমসুঙ মপানগী মসকতা অহোঙবা অমসুঙ অওনবা কয়া লাকখ্রে অমসুঙ লাকলী। অসুম্না মফম অমসুঙ মতমগী মতুঙঈন্না মসক (form) ৱাহন (meaning) হোঙবা অমসুঙ ওনবা হাঙ্গবসী হীঙদুনা লৈরীবা লোনগী হৌনসা ওয়বা লোনচত (nature) নী। মনুঙ অমসুঙ মপানগী মসক মান্নবা অমসুঙ মান্নদবসীঙ অসী য়েঙলগা মীতৈলোনগী খোঙচতকী মতম অসী তাঙ্কক মরী থোক্লা খাঙ্গদোক্নুনা নৈনবা য়াঙ্গ। মদুদী : -

১। অমস্বা মতম (অহানবা চহীচাগী মমাঙ)

২। অঙনবা মতম (১-১২৬৩)

৩। ময়াঙ্গ ওয়বা মতম (১২৬৪৪-১৮২৫)

৪। অনৌবা মতম (১৮২৬ তগী হৌজীকফাউবা)

## ১। অমম্বা মতম (অহানবা চহীচাগী মমাঙ) :-

লাঈরীক অসীদা খ্রীস্তগী মমাঙগী মতমবু "অমম্বা মতম" হাঈনা থল্লী। তাঙ্ক্ক অসীগী মনুঙদা লৈরীবা অরীবা মীতৈলোনগী মসক অদু ঙসী উবা ফঙদ্রে। অমম্বদা লৈখীবগা চপ মান্নরে। অদুম ওয়নমক ঐখোয়না হৌখীবা ঈতীহাস অমসুঙ সমাজ নৈনরোননচীঙবা নৈনবুবদগী চাউরাকপা মসক খরদী খঙবা ঙম্মী, মতম অদৃগী লোনসীঙগী মসক অদুগা ঙসীগী মীতৈলোনগী মসক অসীগা য়াম্না খেন্নরগনী হাঈবসীনী।

অমরোমদা ঐখোয়না খ্রীস্তগী মমাঙদা লৈরম্বা ফীভম অমসুঙ লৈবাক্কী লোনগী মসক অদুগা ঙসীগী মনীপুরগী ফীভম অমসুঙ লোনগী মসক অনীসী চাঙদম্নদুনা য়েঙবসু য়াদ্রে। মরমদী মতমদুদদী ঙসীগী মনীপুরগুম্না অপুনবা লৈবাক অমসুঙ অপুনবা লৈঙাক লৈবা নত্তে। কাঙলুপ মচা-মচা ময়াম অমা মাগী-মাগী ওয়বা চতনবী, ব্রায়েন থৌদা, লৈঙাক-লোন লৈদুনা চতনরম্বা/হীঙনরম্বা ঙাকুনী। কাঙলুপ নত্রগা লৈবাক খুদীঙমক মাগী-মাগী ওয়বা লুচীঙবা লৈনরম্মী। মখোয়গী লুচীঙ মখাদা কাঙলুপ খুদীঙমক মনীঙতম্না, নুঙাঈ-য়াঈফনা লৈনবনী।

মথক্তা হাঈরীবা অসী লৈদুনসু মখোয় মসেন লোন ফাউনদবা, অমনা অমগী লোন খঙনদবগী মওঙদী উদে/লৈতে। কাঙলুপ অমগী মীগা কাঙলুপ অমগী মীগা নত্রগা লুচীঙবগা-লুচীঙবগা ব্রারী-ব্রাতাঈ সানবা, ঈ-পাও পীনবা মতমদা খঙনদবা লৈদুনা ঈন্তর প্রীতর (ব্রা হন্দোকপা মী) থম্নদে। খুদম ওয়না, খুমন নীঙথৌ থঙবী লানথাবগা মীতৈ নীঙথৌ থব্রানথাবগা মচা নীঙোল থাজনবা অমদী হাউকু

পাখঙসীঙগা লুৱাঙ চনু তবুক্না ৱারী সানখীবা অদু পনবা/নীঙসঙবা যাঈ। খুদম ঃ—

"মথংলেল হাওকু পাখঙবা তরুকমানা পাওহংখিয়ে। হে যোযপুনাই নুংপাল চালনুবা ৱো খোয়নে নাতা তারুকমাপু কৌপা য়ারেক ৱো। নুবা চেংকোই মিচুপী, লাউৱা খুৎশা আতেংপী নঙখোযপু আশি কোক নুমিৎমতি লেমলৈ ঙাচং তামলমলে ৱালচেং ঙাশী ৱাৎয়ে। খোয়নৌ মাতা তরুকমানা পাওখুয়ে। ।৬৩।। হাওকু পাখংপা আতাম যীতম শোযলওপা তরুকমক ৱো য়ীখোয় তরুকমাতি কৌপা য়ারেকপাপু ঙমলোইয়ে। যীপল নুপাল আঙনপা য়ীতু লুৱাং আরেপানা ৱাতা মীৱাঙৈনে"[৪] (খোং. নোং. লা. ২৮-২৯)

যাম্না ঙল্লীঙৈ মতমগী লোনগী মসক অসী ঐখোয়না খনবদা খোনখোক অমসুঙ ৱাহৈ য়ামদবা, ৱাহৈ পরেঙ তেনবা অমদী ৱাহৈপুক্কে পুঙচাউ-চাউদবা ওয়গদ্রা নীঙঈ। অদুবু মখোয়গী অনীঙবা অপাম্বা ময়াম অদুদী খুদম-পাম্বৈনচীঙবা কয়া সীজন্নদুনা ঈবাঈ লাঈনা ফোঙদোক্লবা হোতনবমগনী/ফোঙদোক্লবা ঙম্লমগনী।

য়াম্না ঙল্লীঙৈ মতমগী চতনবী, লৈঙাকলোন, লাঈনীঙ-লাঈসোন, ৱারী, পাউরৌ, পাউতাক কয়া অদুনা মথঙ-মথঙ চীনথাঙ যৈনা লাক্লগা ঙসীগী লন ওয়নরী। মসীগা লোয়ননা মখোয়গী লোনসীঙ অদুদগী থৈথরকপা মসক অদুনা ঙসীগী অনৌবা মীতৈলোনগী মসকসীসু ওযবী। অমম্বা মতম অসীগী ওয়বা য়াবা অরীবা লোন/ৱাহৈ খরা মখাদা পীবী :-

অকনমীপোক = থৌনাফবা ; খঙলৈয়াঙ = কন্না চেনবা; অতীঙঙা = অরেম্বা ; অথাকাঈবা = ঈফীঙ ফীঙবা ; অসুপ্পা = অঙম্বা; অয়ুম = ঈয়ুম ; ঈঙারুক = য়েক্লবা ; ঈচী = ঈয়াম্বা ; ঈচুম্মা = ঈতাউ/মরুপ ; ঈথেম্বা = ঈসীঙ চেনহনবা ; ঈনফুঈ = ঙা ফানবা লাঙ ; ঈয়েল্লু = খাঙয়ুপ ; ঈয়োঙবা = ঈসীঙ থকপা ; নাঈফরো = পুকনীঙ মরোঙ-মরোঙ লোঙবা ; ওঙলৌ = হকচাঙ ; ঔরী = থৌরী; কাঈ = দোলাঈ/কু ; কোঙদীঙ = সম্বুল ফী ; খমলাঙ = অরীবা ব্রারী; খুলপু = লুচীঙবা/প্রধান ; খেকমোয় = হাঁমৈ ; ঙাঙোয় = মোয়রাঙ ; চঙৌ = চাক অঙৌবা ; চমু = চাক অমুবা ; চীকমাবা = চীঙ মপু ; চেঙপী = লৈঙোয় ; চোয়নৌ = সনা ; তনমু = তাউতেক = নৌ ; মকী = তুনুঙ = লঙ ; তেঙমাঈ = লোয়সঙ মকোক ; নোয়নু = থুম ; থমঙ = লোকলৌ = ঈসীঙ ; থেরে = লা; নয়ুম = নখোয় ; পসোন = চফু ; পাকলোয় = কোয়েত ; পাকোয = পীসুম; পানোক = হাঈবী = সীঙজঙ ; মুকমু = সল ; লাঙজৈ = ময়াঈ; লাঙহৈ = চহী, কুম ; লু = লালু = কোক ; লোঈমু = ঈবোয ; ব্রাঈরঙ = নোঙপোক ; লোয়লোয় = নোঙচুপ ; সময়া = সমজেত; ব্রাঙলৈ = য়ু ; ব্রাকয়ৈ = হী ; য়াঙলৈ = হুঈ ; য়োয়হৈ = ঈবেম্মা; য়োয়হেনবা = ঈবুঙঙো ; লাকলৌ = ঈসীঙ ; কোঙ = কঙফাল ; থাঙুরেন = লৌমী ; ঙাতোয় = ঙাখা ; অফাউবা = অথৌবা ; তোতপা = সীবা ; মুঙবী = লম্বী ; খোঙ = পুঙ; য়াঈ = মৈ ; মাক = লীবুঙ ; ব্রালখু = মৈখু ; ফোন = সীঙ ; তীঙসাহোরা = নুপা ; হঙগেন = হৌদোঙ ; নাসা = নুপী অসীনচীঙবা ব্রাহৈসীঙ অসী হৌজীক্কী মীবোন্না খঙবদা ব্রারবা কয়া অমম্বা তাবুনুঙদা তাদুনা লৈরী। অরীবা পুয়ানচীঙবা

পাদুনা থীদোকলগা পুথোকপা ঙম্লবদী ঙসীগী মীবোন্না য়াম্না কান্নবা ফঙগনী হাঈনা থাজৈ। "মনিপুবদা লৈবা, পোকপা অমদি মনিপুবগী ৱাংমদা খুন্দাদুনা লৈখিবা মনিপুবীশিংনা অদুগা থোইদোকনা মনিপুরগী চীঙদা লৈবা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপকী মীনা মখোয় মশেন অমগা অমগা ৱা ঙাঙনবদা শীজন্নবা মনিপুবী লোন্দি মৈতৈলোন্নি।"[৫] মতমসীদা সীজন্নবম্বা ৱাহৈপবেঙগী মসক্তী উবা ফঙদ্রে। অদুবু অসুম খনবদা ৱাহৈপবেঙ যাম্না তেনবা মওঙদা সীজন্নবমগনী খল্লী। মতাঙসীদা পল্লীবা কাঙলুপ মচা-মচাসীঙ (লৈবাকসীঙ) অসীনা অপুনবা মীতৈ লৈবাক্কী মসক ওযবকঈ হাঈবসী মথঙগী তাঙ্কক অনীসুবদা সুগাঈনা নৈনবী।

## ২। অঙনবা মতম :- (খৃঃ ১-১২৬৩)

অনীসুবা তাঙ্কক অসীদা মীতৈলোনগী খোঙচত্তা অঙনবা মতম হাঈবদী নোঙদা লাঈবেন পাখঙবনা পানবা মতমদগীনা মৈদীঙঙু খুমোম্বানা পানবা মতম (১-১২৬৩) ফাউবা থল্লী। হাঈরীবা মতম অসীদা মপানগী অকনবা ঈথীল/সাফু লৈখীদে। থোযদোক্না লোনগী ওয়বা মচাকসীঙদা অহোঙবা/অওনবা লৈতে। মবমসীনা লমদমসীগী ওযবা লোন, চতনবীনচীঙবা কযাসীগী মসক অদু মযেক সেঙনা লৈ/ উবা ফঙঈ।

নোঙদা লাঈবেন পাখঙবগী মচা মসুসীঙ অসীবু নীঙথৌজা (মঙাঙ) সলাঈ হাঈনা খঙনৈ। হাঈরীবা নীঙথৌজা অসীনা লমদম অসীদা পানবা হৌখীবসী চাউবাক্না খ্রীস্তগী চহী ৫১৮-৫৬৮ ফাউ মতম

অদুৱাঈদগী ওয়গনী হাঈনা অখঙ অহৈসীঙনা লৌনৈ। "থমংলাংনা নিংথৌজাগী য়ুম্লাক তাবা হৌখী।" ৬ (চৈ.কু.লা ৪) হাঈনা ঈরী। মতম অসীৱাঈদা পাল্লম্বা কাঙলুপ মচা/মচাসীঙ অদুগী মনুঙদা নীঙথৌজা অসীনা খ্বাঈদগী হেন্না খুতকন পানগনবা অমসুঙ হৈসীঙবা কাঙলুপ ওযরম্মী। মরমসীনা অতৈ কাঙলুপসীঙ (অঙোম, খুমন, লুৱাঙ, মোয়রাঙনচীঙবা) অসী মথঙ-মথঙ নীঙথৌজাদা পুল্লকখী। ৱাফমসী ৱাহৈ পরেঙসীঙ অসীনা সৌগতলী। "খৃস্তগী অহানবা চহীচাদা খাবা সাগৈনা পাল্লম্বা লোয়শির্নখি। মদুদগী মখোয়সে মীতৈ সমাজদা পুনখ্রে।"৭ মথঙদা অঙোম কাঙলুপসু নীঙথৌজাদা পুনখী। "অঙোম সলাঈনা পানবা মতমগী ধর্ম্ম, লাঈনিং-লাঈসোন, লান্ন-থৌরম পুন্নমক নোঙদা লাইরেন পাখঙবনা তৌবগুম তৌখ্রে।"৮

মতৌ অসুন্না "খুমন" সু নীঙথৌজাদা পুনখী। "খুমনগী লৈবাক ঙাকপগী চুপ্লী সাসন পুন্নমক নিংথৌজানা পাইখী।"৯ মতৌ অসুন্না নীঙথৌজানা লম মথঙ-মথঙ সন্দোকখী। মমৈদা মোয়রাঙসু লৌসীনখী। "মোইরাঙ অসি চহীচা কযা মনীঙতম্বা লৈবাক অমা ওযনা পাল্লম্মী। অদুবু নিংথৌ সনাহোঙবগী মতমদগীদি মীতৈ নিংথৌ নিংথৌখোম্বগী (মতম ১৪৩২-১৪৬৭) মখাদা লৈহনখি।"১০ মোয়রাঙনা মীতৈদা তীনখীবা অসীগা লোয়ননা তম্পাক্কী লম পুন্নমক মীতৈগী ওয়খী। মসীগা লোয়ননা চীঙগী লম কয়াসু মীতৈদা পুনর্সীন্দুনা অমত্তা ওয়না লৈমীন্নখী। " Different people with different languages have come and settled in Manipur. Most of them have been absorbed in some principal units. When

all such units were united by certain kings, thus the Meetei Nation was born."[১১]

মথক্তা লমদমসীদা লৈবা সাগৈ কাঙলুপ লৈবাক কয়া মীতৈদা মথঙ-মথঙ পুনসীনখীবগী মতাঙ অমা সমলপ্লা পীখীবগী মরমদী মতমদুদা পাল্লম্বা/ লৈরম্বা লৈবাক মচা নত্রগা কাঙলুপসীঙ অদুগী লোনগা মীতৈগী লোনগা নত্রগা কাঙলুপ অমগা-অমগগী মনুঙদা লোন খেন্নবা/মান্নদবা লৈতে হাঙ্গবসী উতন-তাক্লবনী। করীগুম্বা মতম নত্রগা মফম খরদা ৱাহৈ খরা-খজীক খেন্নবা নত্রগা মান্নদবা লৈরবসু মদুনা মী অমগা-অমগা খঙনদবা (ৱা ফাউনদবা) ওয়বদী নত্তে। কাঙলুপ অমনা কাঙলুপ অমগী লোন অদু খঙবা অমসুঙ ঙাঙবা ঙম্মী। খুদম ওয়না মীতৈ নীঙথৌ খুমোম্বদা "খুমন্না লান নেক্লদুনা লান পাংবা চৎলে। কবোগা খুমনগা মৈতৈগা লান শোকনৈএ। কবোবু মৈতৈনা চাইখাইদুনা ফারে। লান্দী স্নাচীপানথোঙনা চা শায়বা, লুপা চীনপানথোংনা ঈয়োংবনচীঙনা লান য়াম্না ফাএ"[১২] (চৈ.কু.লা ১৪) হাঙ্গনা পল্লী/ ঈরী। লৈরীবা/থল্লীবা মতম অসীদা পাল্লম্বা/লৈরম্বা নীঙথৌ অমসুঙ মাগী প্রজা পুম্নমক মীতৈলোন অসী খঙবা/হৈবা অমদী ঙাঙবা ঙম্বা ঙাক্তা ওয়। হাঙ্গবদী মীতৈলোন্না লমমদমসীগী মৱু ওয়বা লোন্নী।

মতাঙ অসীদা য়েঙলীবদী মীতৈ নীঙথৌগা খুমন নীঙথৌগা ৱারী সান্নবদা নত্রগা পাউ পীথোক-পীসন তৌবদা লোন ফাউনদবা লৈদুনা লোন হন্দোকপা মীগী মতেঙ লৌখীবা লৈব্রা হাঙ্গবদনী। অদুবু করীগুম্বা মতাঙ অমদা হাঙ্গরীবা ৱাফম অসী থেঙনদে। মতৌ অসুম্না অতৈ কাঙলুপ-অঙোম, লুৱাঙ, মোয়রাঙনচীবা কয়াগসু মীতৈগা

তোতনা-তীন্নদুনা লৈমীন্নে। অদুবু মখোয়গী মরক্তসু লোন ফাউনদবা লৈখীদে। অমগা-অমগা পুন্না লৈমীন্নদুনা ৱারী-ৱাতাঈ সামীন্নদুনা অৱা-নুঙাঈ পাউদম্নে। হাঈরীবা লোন ফাউনদবা/খঙনদবা অসী লৈতে হাঈদুনসু-মখোয়-মখোয়গী ওয়বা খোলহাঈ, খোনথোক খরদী অদুম লৈনৈ। করী করীগুম্বা মতাঙদা ৱাহৈ মান্নদবা লৈবা ফাউবসু য়াউরকঈ। অদুবু মদু অতোপ্পা তারীবা মী অদুনা অদুম খঙবা ঙম্বদী ওয়। মরমসীনা মখোয়দা অতোপ্পা লোন অনীমক খঙবা লোন হন্দোকপা মী থম্নখীদে। খুদম ওয়না মখাদা ৱাহৈ খরা পীরী -

| মীতৈলোন | চকপা |
|---|---|
| ফুরা | ফয়া/ফৈয়া |
| মৈখু | ৱালহু/ৱালখু |
| শীঙ | ফোল/ফুল |
| ঈয়াম্বা | পসু/অপী |
| ঈনাউ | নাসে/নাসী |
| কৈজেঙলাঙ | হুলজেঙসে/বৈজেঙলাঙ |
| হৌদোঙ | হঙগেল /হঙজীল |

*অসীনচীঙবা।*

| মীতৈলোন | খুমনলোন |
|---|---|
| পাত | কোন |
| কঙফাল | য়া |
| সীবা | ফুবা |
| থম্বা | লাঈরা |

| | |
|---|---|
| য়েনপা | মোয়পাঙ্গ |
| য়েনপী | সোয়থীঙ |
| য়ুম | কোন/য়াকোন |
| নৌ | তাওতেক |
| | *অসীনচীঙবা।* |

| <u>মীতৈলোন</u> | <u>মোয়রাঙলোন</u> |
|---|---|
| কঙফাল | কোঙ |
| ঈসীঙ | লোকলৌ |
| নৌ | খুমু |
| সীঙজঙ | হাঙ্গবী |
| মাঙ্গবা | মোয়বা |
| অঙাঙ | তোরো |
| ঙাখা | ঙাতোয় |
| অথৌবা | খাবা |
| | *অসীনচীঙবা।* |

হাঙ্গবীবা মওঙ অসীদী হৌজীকসু ঐখোয়গী মরক্তা অসুম থোকলী। ঈম্ফালগী লোনগা সেকমাঈ, ককচীঙ, ফয়েঙনচীঙবগী লোনসীঙগী বাহৈ খোনথোক-খোলহাঙ্গনচীঙবা থাক কয়াদা মান্নদবা লৈ। অদুবু অসীগুম্বা মযামসী লৈ হাঙ্গদুনা অমনা-অমগী লোন হন্দোকপা মী অমগী মতেঙ লৌরুবগী মথৌ তাদে। মতৌ অসুম্না মীতৈলোনসী যাম্না ঙল্লীতৈদগী হৌনা লমদমসীগী "মীয়ামগী ওয়বা লোন" (Lingua Franca) ওযনা লৈবকলী। সম্না হাঙ্গরবদা অসীগুম্বা

মান্নদবসীঙ অসীনা মীতৈলোনগী ৱাহৈপুক্কে হেন্নদুম মপুঙ ফাহল্লী।

মতৌ অসুম্না অরীবা মতমগী মীতৈলোনগী মসকসী ঙসীগী মীতৈলোনগী মসককা চাঙদম্নদুনা য়েঙবদা মান্নদবা কয়া লৈবা উঈ। অরীবা মীতৈলোন্দা পুন্না খোনথোক ২৩ লৈ। মসী অমুক হন্না কাঙলুপ অনীথোক্লা খাঈদোকপা য়াঈ -

(ক) **নীঙসা ময়েক** (Vowel)

অ আ ঈ উ এ ও = ৬

(অ + ঈ = ঐ, # আ + উ = ঔ) = ২ (৬ + ২ = ৮)

(খ) **হক ময়েক** (Consonant)

ক খ ঙ চ ত থ ন প ফ ম য় ল ৱ স হ (১৫)

মখোয়সীঙ অসী মীতৈলোনগী ওয়বা অরীবা ৱাহৈসীঙগী মমাঙ ময়াঈ অমসুঙ মতুঙদা লাকপা ঙস্বা খোনথোক ঙাকুনী। মখোযগী সীজন্নফম লাকফম মখাদা পীরী ঃ-

**(ক) নীঙসা (ভোৱেল) ময়েকসীঙ :-**

| ৱাহৈগী অহৌবা | ৱাহৈগী ময়াঈ | ৱাহৈগী মতুঙ |
|---|---|---|
| /অ/ -অমা | কনবা | তম্বা |
| /আ/ -আদা | চাক | মনা |
| /ঈ/ -ঈসীঙ | মসীঙ | অনী |
| /উ/ -উনা | অউবা | মউ |

/এ/* -য়েন্সাঙ ময়েক মকে

/ও/-ওক মপোক লাকখো

মথক্তা পীবীবা খোঙ্গোক ৬ (তরুক) অসী ময়েক অনী তীন্নরগা ওয়বা খোনথোক অ + ঈ = ঐ অমসুঙ অ + ও = ঔ সু লৈ। অদুবু অনীসী মীতৈ ময়েক্কুদী লৈতে। বাঙলা ময়েক্কুদী লৈ। মীতৈ ময়েক্কা 'অ' দা চৈতপ মথঙসীতনা "ৈ" অমসুঙ "ৌ" তপসীল্লগা ঈনৈ। মসী নত্তবা অতোপ্পা মঈ অমসু লৈরী - "ঐ" গী মহুত্তা "অয়" অমসুঙ "ঔ" গী মহুত্তা "অব়" ওয়না ঈবা য়াওঈ। হাঙ্গীবীবা খুতঈসী মীতৈগী পুয়াসীঙদা ফঙঈ।

/ঐ/ - ঐখোয মফৈ ফৈ

/ঔ/ - ঔগ্রী কৌবা ফৌ

- ঔবী (থৌরী) পৌ

*অসীনচীঙবা ।*

(খ) **হক (কন্সোনেন্ত) ময়েক্কী সীজন্নফম ঃ-**

/ক/ কনা মকপ ফক

/খ/ খবা মখল X

/ঙ/ ঙসী মঙক মঙ

/ত/ তনবা মতম খুত

/থ/ থবো নমথাক X

*খোঙ্গোক্কী মসক্তা ঈবগী মওঙ খেন্ননা ঈনববসু/উরবসু খোঙ্গেক্তী মন্নে।

| | | |
|---|---|---|
| /ন/ না | মনম | লোন |
| /প/ পা | মপাল | নপ |
| /ফ/ ফম | মফম | x |
| /ম/ মা | লামবা | লম |
| /য়/ য়া | ময়াঙ্গ | ওয় |
| /ল/ লা | কলাক | মমল |
| /ৱ/ ৱা | মৱা | x |
| /চ/ চকপা | অচাবা | x |
| /হ/ হক | মহৌসা | x |
| /স/ সম | মসা | অস |

*অসীনচীঙবা।*

মতম অসীদা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুক্কেদা মপানগী ৱাহৈ খরা চঙবা হৌরে।

***খুদমঃ*** সায়া, ময়াঙ, মেরীয়া, সকাব্দ, চন্দ্র/সুর্য বীস্নু, দয়া, ঈস্বর, স্ত্রী, মন্দীর অসীনচীঙবা ৱাহৈগী মসকসী ফঙঈ।

**ৱাহৈপরেঙগী খুদম ঃ-**

"নীঙনাঙপুতী য়াঙকক খীরো হায়না কৌয়ে।"[১৩] (খো. নো.-লা ২) "নীঙনাঙপুতী লেলোকৱো কৌয়ে।"[১৪] (খো.নো.-লা ৩) "য়ীঙঙেন কুমখাঙ্গ লৈবু য়োঙ্গনায়ে।"[১৫] (খো.নো.-লা ৫) "তৌইগীদী নঙবু য়াম্না ওইবদী ওইচু নত্তে।"[১৬] (পোই. খুন.-লা ৬) "হোয়দা ঐদী তাইবঙ পোঙনে পাউখুমখীএ।"[১৭] (পোঈ.খুন.-লা ৭) "থারোঙ লোঈরেন ওঙএ।"[১৮] (পোই. খুন.-লা ৮) অসীনচীঙবা।

## ৩। ময়াঙ্গ ওয়বা মতম ঃ- (১২৬৪-১৮২৫)

খ্রীস্তগী কুম ১৩২৪-১৮২৫ গী মতম অসী মীতৈলোনগী ঈতীহাসতা 'ময়াঙ্গ ওয়বা মতম' হাঙ্গনা থল্লী। হাঙ্গরীবা মতম অসী মৈদীঙগু কোঙয়াম্বা (১৩২৪) দগী মৈদীঙগু গম্ভীর সীঙহগী মতম (১৮২৫) ফাউবগী চাউরাক্না চহী ৫০০ (চামঙারোম) অসীনী। মতমসীগী মনুঙদা লৈবাক (মনীপুর) অসীগা অতৈ অতোপ্পা লৈবাক (সরকার) কয়াগা য়াম্না নক্নবা মরী লৈনবা নত্রগা য়েক্নবা ওয়না লান তৌনবা কয়া য়াউখী। মরু ওয়না - অৱা, তখেল, বঙ্গদেস, ব্রীতীসনচীঙবা লৈবাকসীঙ/সরকারসীঙ অসীগনী। মখোয়না মনীপুরগা-চারৌ- মৌরৌনবা, লল্লোন-ঈতীক, চতথোক-চসীন তৌবা, লাল পাঙনবা, মরুপ সান্নবনচীঙবা তৌদুনা য়াম্না নক্নবা অফবা মরী থম্নখীবা মতম লৈখী। অদুগা করীগুম্বা মতমদনা য়েক্নবা ওয়দুনা লানথেঙনবা, অঙম-অঙম হাততোক্নবগী তানজা কয়াসু লৈনখী/ থোকখী। খুদম ওয়না-"মৈদীঙগু ক্যাম্বগা পোং নিংথৌ চৌফা খেকখোম্বগা লোয়ননা ইংথি মফৈ লম ১০০ পাকপবু সনা লুপানা থোং শাদুনা মবিঙা লানমিন্নেএ। সনাগী লি অমত্তদা থকমিন্নেএ। কবো ক্যাং খমপাৎ নামীন্নেএ। ক্যাং ঙমএ। ..... পোঙ নিঙথৌ চৌফা খেখোম্বগী মনাই লাকৱান পেরে খোংবগা মৈদিঙগু ক্যাম্বগী মনাই শেক্তা পুংয়ৈবগা সিমিন্নেএ।"[১৯] (চৈ.কু.লা. ১৯) অসুম্না পোঙ নীঙথৌগা মীতৈ নীঙথৌ পুঙয়ৈবগা ৱারী সান্নবা অমদী মী পীথোক পীসন তৌনবা নত্রগা লানফা ওয়না থম্নবা মতমদা লোন ফাউনদবা/খঙনদবা লৈবগী খুদম ফঙদে। মীতৈনসু পোঙগী মরোল খঙবা অদুগা পোঙনসু মীতৈলোন খঙনবগী মওঙ লৈ। অতোপ্পা অমরোমদনা অসুম্না চঙথোক-

চঙসন তৌনবা অসীদগী লৈবাক্কী ওযবা নাত (কলচব) চতনবী অমসুঙ লোন্দা অচৌবা অহোঙবা অমা পুবক্কবা অকনবা সায়ু পীখী। মসীদগী মীতৈলোনগী খোনথোক ৱাহৈগী মসক ৱাহৈপবেঙনচীঙবগী থাক্তা অহোঙবা/অওনবা কযা লাকখী। মতমসীদা চঙলকখীবা ৱাহৈসীঙসী মখাগী অসুম্না খাঙ্গদোকপা যাঙ্গ ঃ

**(ক) মনীপুবগা যুমলোন্নবা খা-নোঙপোক্কী লৈবাকসীঙগী মসক কাঙ্গদনা চঙলকপা বাহৈ খবা ঃ**

| | | |
|---|---|---|
| ১। | পোঙ | সুকামফা |
| | সান | চে |
| | মী | তাঙ্গ |
| | চেক | ক্যাঙ |
| | খমপাত | |

*অসীনচীঙবা।*

**(খ) মীতৈলোনগী ৱাহৈ হাপচন্দুনা সীজন্নবা ঃ-**

২। খাহী + ঙম্বা = খাহীঙম্বা
পোঙ + হৈতোন = পোঙহৈতোন/পুঙদোল/পোঙদোল
পোঙ + হৱাঙ্গ = পোঙহৱাঙ্গ
পোঙ + ঈঙখোল = পোঙঈঙখোল
পোঙ + হুত = পোঙহুত/পুঙহুত
অৱা + ফদীগোম = অৱাফদীগোম
কবো + লু = কবোলু/কবোবু

*অসীনচীঙবা।*

**(গ) খা-নোঙচুপ (ভারত) কী মসক কাঈদবা ৱাহৈ খরা ঃ-**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| । ঈস্বর | = | (ঈশ্বর) | ধরমা | = | (ধর্ম্ম) |
| স্রী | = | (শ্রী) | য়ুক্ত | = | (যুক্ত) |
| বাজা | = | (রাজা) | বীসনু | = | (বীষ্ণু) |
| জোয় | = | (জয়) | প্রভু | = | (প্রভু) |
| ক্রীপা | = | (কৃপা) | অগনী | = | (অগ্নী) |
| দুবগা | = | (দুর্গা) | চরন | = | (চরণ) |
| মন্দীর | = | (মন্দির) | মহাবাজ | | |

*অসীনচীঙবা ।*

**(ঘ) মসক কাঈনা/হোঙনা চঙলকপা ৱাহৈ ঃ-**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪। | কঙকারাম | = | (গঙ্গারাম) |
| | ফলালী | = | (ফলালীন) |
| | চন্দোল | = | (চন্দল) |
| | চাতাঈ | = | (চতাঈ) |
| | সীদান্ত | = | (সীধান্ত) |
| | লোখোল | = | (লক্ষ্ণল) |
| | বোর | = | (বড়া) |
| | কোরা | = | (গোরা) |
| | সুত সাহেপ | = | (ছোতাসাহেব) |

*অসীনচীঙবা ।*

**(ঙ) মীতৈলোনগী ৱাহৈ হাপচন্দুনা সীজন্নবগী মওঙ ঃ-**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৫। | তেখাউ | + | তেঙ্খোত | = | তেখাউতেঙ্খোত |
| | তেখাউ | + | খুজাঈ | = | তেখাউখুজাঈ |
| | তেখাউ | + | চাঈসেল | = | তেখাউচাঈসেল |
| | তেখাউ | + | পুখম | = | তেখাউপুখম |
| | তখেল | + | লৈ | = | তখেললৈ |
| | তখেল | + | থাঙ | = | তখেলথাঙ |

*অসীনচীঙবা।*

**(চ) ভারতকী মপানলোমদগী/য়ুরোপলোমদগী চঙলকপা ৱাহৈ খরসু মতম অসীদা সীজন্নবা হৌখী ঃ-**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৬। | সুকরখান | = | সুপরফাঈন (Superfine) |
| | তেরসীঙ | = | কেরোসীন (Kerosene) |
| | লালতেন | = | লেনর্তন (Lantern) |
| | ঈস্কা | = | স্কোত (Scott) |
| | কপতান | = | কেপতন্ত (Captain) |
| | পুবুন | = | ব্রাউন (Dr. R. Brown) |
| | কমীসোনব | = | কমীসনব (Commissioner) |
| | কীবান | = | গ্রান্ত (Capt. Grant) |
| | মেনসীম | = | মেকসুয়েল (Major H. St. P Maxwell C.S.I.) |

*অসীনচীঙবা।*

**ৱাহৈপবেঙগী খুদম ঃ- সনা চরন খাদা ননাঈবু কৃপাবীয়ু ।**
**বিনিতগনবু চানবীয়ু ।** *অসীনচীঙবা ।*

মথক্তা খবা পীথ্রীবা ৱাহৈসীঙ অসীদা নত্তনা মতম অসীদা অতৈ তোপ্পা ৱাহৈ যাম্না চঙলকখী। অদুবু চঙলকপগী মওঙদী মথক্কী মওঙ/কাযাত অসীদা চঙবা ঙাক্তা ওযগনী। মফমসীদা মতমদুদা চঙলকপা ৱাহৈ লোযনমক লীস্ত (List) তৌদ্রে। মবমদী মদুমক্না লোনগী খোঙচত নৈনবা যাম্না তেন্না কান্নবোয খনবদগীনী। অদুগা অতোপ্পা ৱাফম অমনা অতোপ্পা লোন্দগী ৱাহৈ চঙবা হাঈবসী হৌনসানী। মসীসু (Noun) গুম্বা ঙাক্তা হান্না চঙঈ। Verb কী থাকতা ৱাহৈ চঙলক্লবদী যাম্না লুবে। "অদুবু মীতৈলোনগী মতাঙদদী নাউনগী থাক্তা ৱাহৈ যাম্না চঙলকখীবনী। ভাবকী থাকুদা চঙবা ঙমখিদে। অদুম ওইনমক হীন্দু ধর্ম্মনা মপালফনা পাল্লীদৈঙ মতমদদী সঙসক্রীত নত্রগা বাঙলা ৱাহৈগা মীতৈলোনগী ৱাতপকা পুল্লগা/তীন্নবগা ভাব ওসনা সীজন্নবা মতাঙ খবা যাউখী।"

*খুদম ঃ –* ননাঈবু কৃপাবীয়ু ।
তোল্লবা ভকুনী ।

লাঈবীক অসীদা থল্লীবা মযাঈ ওযবা মতম হাঈবীবা তাঙ্কক অসী যাম্না মদু ৭৫। মবমদী মতমসীদা মনীপুরী খুনাঈগী পৃঙ্গী মহীঙদা, ধর্ম্মদা, নাওা, লোন্দা নওনা যুমলৈ-কৈবৈ, লঙ্গী-থোঙ, চতথোক-চতসন্নচাৎবদা অকুনবা সাফু অমগা লোযন্না লৈঙাকলোন্দসু অওনবা/অহোঙবা কথা লাকখী। মসানা মমী / মঙাল মীতৈলোনগী খোনথোক্তা মযেক সেঙনা তাঈ।

*খুদমঃ-*

| | | |
|---|---|---|
| চাকনী | - | চাগনী |
| আতনী | - | আদনী |
| চালম্বা | - | চাবম্বা |
| হাঈচপা | - | হাঈজবা |

*অসীনচীঙবা।*

**অনৌবা খোন্থোক ঃ-**

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ক | > | গ | চ | > | জ |
| ত | > | দ | প | > | ব |
| ল | > | ব | = | ৫ অসীনী। | |

খোনথোক মঙা অসী মথঙসীতনা - **ক চ ত প ল** গী মফম খবদা মহুতসীন্না সীজন্নবা হৌরকখী। মসীগী খুদম মখাদা পীবী ঃ-

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| চা | <u>ক</u> | নী | = | চা<u>গ</u>নী |
| তা | <u>চ</u> | নী | = | তা<u>জ</u>নী |
| মা | <u>ত</u> | নী | = | মা<u>দ</u>নী |
| পা | <u>প</u> | তী | = | পা<u>ব</u>দী |
| লা | <u>ল</u> | নী | = | লা<u>ব</u>নী |

*অসীনচীঙবা।*

অসুম্না মীতৈলোনগী ঈতীহাসতা অঙনবা মতমদা পুন্না খোনথোক ২৩ (কুনহুমদোয) লৈরম্বদগী মযাঈ ওযবা মতমগী খোনথোক ৫ (মঙা) অসীগা পুল্লগা "মযাঈ ওযবা মতম" অসীফাউবদা পুন্না মীতৈলোনগী খোনথোক ২৮ (কুননীপাল) সুবকখী। মতমসীদা

খোনখোক ২৮ অসীনা মীতৈলোন অসী ফজনা ঈবা যাঈ।

মযাঈ ওইবা মতম অসীদা নীংসা (স্বব মযেক) খোনখোক মসীংদি তেনগতখীদে। অদুগা মথক্তা পীবীবা হক মযেক মঙা অসীগা লোননা অনৌবা ৱাহৈ কয়া চংলকখী। মসী মপাললমগী মীওযসীংগা সম্নবকপদগীনী।

## অনৌবা মতম (খৃঃ ১৮২৬) তগী হৌজীক ফাউবা ঃ-

অনৌবা মতম হাংদনা থম্লাবা অসীগী মতম অসী মনীপুরগী ইতিহাসতা যাম্না মরু ওইবা অমনী। মরমদী মনীপুরগী নীংথৌ মচান মনা ঙৈসাগী মনুংদা নুংঙাইনদনা কুবনা মরম ওইদুনা লৈবাক কাঈখী। অদুগী মৈদাঙ্ক গন্তীবসীংনা ব্রীতীসকা খুতসম্নদুনা মনীপুরব অমুক অনগী মখুত্তগা ফনবা ঙমখী। মতমসীদগী লৈঙাকলোনগী ওইবা হীরমসীংদা ব্রীতীসকী খুত চংবা হৌখী। সমদর্মসিংগী হৌনা লোনচত, সেন থমগী চত্থম, লম্না থোং অমদী লল্লোন ঈতীক্কী হীরম কয়াদসু অহৌনবা লাকখী মরম অসীদগী মনীপুরী লোনগী মনুং অমসুং মপানগী মসক্তু হেনবা/অহোংবা লাকখী। লোননা অনৌবা ৱাহৈ কয়ামসু চংলকখী লোনগী মসাজন (Structure) অমসুং ৱাহন্দা (Meaning) অওনবা লাকখী। সম্না হাইববদা লোনগী থাক কয়াদা খোঙজেল যাঙনা অহোংবা লাকখী।

অসুম্না মীতৈলোনগী (মনীপুরী লোন) ৱাহৈ পুক্কেদা সংসক্রীত, হীন্দী, বাংলা, ঈংলীসনচীংবা লোনসীংগী ৱাহৈসীং অথীংবা লৈতনা চংলকখী। খুদম খবা- অঙ্ক, আচার্য্য, আমাবস্যা,

একা, কীসান সভা, অহীঙসা, আন্দোলন, ধাবনা, ভূমী, দারোগা, নোঙমৈ, মালেসা, সীফাঈ, সাহেব, থানা, চীতাগোঙ, ঈতী, ঈন্দ্রী, খেব, নবদ্বীপ, কাসী, মেজব, কপতন, হেন্দীমেন, স্কুল, সাঈকেল, বীপোত, এজেন্ত অসীনচীঙবা।

মথক্তা পীবীবা বাহৈসীঙ অসীদা নওনা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুক্কেদা বর্ম্মীজ, চীনা, ফাবসী, উর্দুনচীঙবা লোন কয়াগী বাহৈসীঙসু তীনখী/চঙখী। চুম্না বাহৈসীঙ চঙলকপদা নত্তনা বাহৈসীঙ অসীগী কোন্ননা খোনথোক (মযেক) কয়াসু চঙলকখী। খুদম ওয়না ধ, ঝ, ছ, ঘ, ভ, ষ, ক্ষ অসীনচীঙবা মযেকসীঙসী হাঙবীবা মতম (১৮২৬) অসাবাঙ্গদনী চঙলকখী। মখোয় অসীগী মনুঙদগী লাঈবীক অসীদা লৌখতলীবদী/সীজন্নবীবদি ঘ, ঝ, ধ অমসুঙ ভ মবী অসীতনী। অসীগী মবমদী খোঙ্গোক (মযেক) মবী অসানা তৌবা/খাঙবা ৱাহৈসীঙসী মীতৈলোনগুম্না সীজন্নবে। খুদম- ঘতনা, ঘতচখু, ঝাল, ঝোল (মহী), ধুলোক, ধর্ম্ম, ভক্ত, ভজন, ভাবত অমাদানচীঙবা বাহৈসীঙ অসী মীতৈসীঙগী লু তোঙদা পকখ্রবা (চঙখ্রবা) বাহৈ ওয়াকুনী, হাঈবদী মীতৈলোনগী বাহৈগুম্না খল্লে/লৌবে।

মথক্তা পীবীবা অনৌবা মতম হাঈবসীগী মনুঙদা চঙসল্লকপা ৱাহৈসীঙ অসীগী সাফুনা মীতৈলোনগী বাহৈ পবেঙগী থাক্তসু অওনবা/অহোঙবা কয়া লাকলে। খুদম ঃ

*চাউবগা থোযবগা চতলী।*

*মসী চাউবৈ যুম্নী।*

অসুম্না হাঈবা ৱাহৈপবেঙ অসীগী মহুত্তা হৌজীক্তা।

*চাউবা অমসুঙ থোয়বা চতলী । অমদী*
*মসী চাউবগী য়ুম্নী । অসুম্না হাঙ্গনরে।*

মতৌ অসুম্না ৱাহৈপবেঙগী থাক্তা অওনবা লাকখী মসী তৌববুদী মনীপুবদা ইন্দুগী লাঙ্গনীঙ মমী তমলকপা মতম অদুৱাঈদগীনী হাঙ্গনা লৌবসু যাঈ।

হাঙ্গবীবা অনৌবা মতম অসীদা নোঙচুপলোমগী অনৌবা সীকসা পথাপ (Western education) চঙলক্তুনা মীতৈসীঙগী পুন্সীদা ঈনৌ নৌবা ৱাখন মখন, অনৌবা মহীঙ, অনৌবা চতনবোল অমা লাক্লে। হান্না ঙল্লীদৈ মতমদা নীঙথৌ পানবা লৈবাক অমা ওযবম্বদগী, হৌজীক (১৯৪৭) কী মতুঙদগী নীঙতম্বা লৈবাক অমসু ওযবে।

মসীদা লমদমসীগী মীযামগী হবাউ-নুঙাঈবা অমদী পেনবা-পেন্দবা কযামসু লাকপা উঈ। মসীগা লোযননা মীতৈলোন অসীসু অহীঙবা লোন অমা ওযবা মবম্না মসীগী সাজত (structure) ৱাহন (Meaning) লেপ্পা লৈতবী। মসীগী মথক্তা অবীবা ৱাহৈ কযা মাঙখ্রে, অদুগা অনৌবা ৱাহৈ কযামসু লাক্লী। অসুম্না লোনগী থাক কযাদা হোঙলক্লী। মসী হীঙলীবা লোন অমগী হৌনসানী। হৌজীক মসীগী চপচাবা অবেপ্পা মসক অমা পীবা যাদে। মবমদী মতমগী মতুঙঈন্না অওনবা / অতোঙবা কযা লাকখীগনী।

মীতৈলোনসীদা অতোপ্পা লোন্দগী চঙলকপা মীতৈলোনগুম্না সীজন্নববা ৱাহৈ খবা মখাদা পীবীঃ-

' অ '

অগ্নী, অতীথী, অর্থ, অম্রীত, অবতার, অধীকাব, অঙ্ক, অভীরাম, অভীনয়, অভ্যাস, অহীঙসা, অলঙ্কার অসীনচীঙবা।

' আ '

আকাসবানী, আধ্যাত্মীক, আন্দোলন, আলোচক, আলোচনা, আর্তী, আধা, আরাম, আসা, আচার্য, আমাবস্যা, অর্থলেস, আর্থ অসীনচীঙবা।

' ঈ ' (ই)

ঈতী, ঈন্দু, ঈন্দ্রানী, ঈন্দ্রী, ঈজ্জত, ঈরাবত, ঈতীহাস, ঈস্বর, ঈনজীন, ঈলেকত্রীক, ঈনচার্জ, ঈন্দীধা, ঈন্দীযান, ঈঙলীস অসীনচীঙবা।

' উ ' (ঊ)

উপাধী, উপলখ্য, উতসব, উপমা, উসা, উর্মীলা, উত্তরদাঈত্য, উপাঈ অসীনচীঙবা।

' এ '

একা, একাগারী, একাসীনী, এলাঈচী, এপোলোজী, এসোসীযেসন, এঈদস, এদমীত-কার্দ, এদলস অসীনচীঙবা।

' ঐ '

ঐতীহাসীক, ঐগ্যা অসীনচীঙবা।

' ও '

ওমর, ওজা, ওকার, ওদীত, ওদব, ওফীস, ওঈল,

ওতোগ্রাফী অসীনচীঙবা।

'ঔ'

ঔরা, ঔবঙ্গজেব অসীনচীঙবা।

'ক'

ক্রীপা, কালীদাস, কালা, কালী, কান্তা, কর্ম, কর্মভুমী, কল, ক্রীম, কলেজ, কীক, কোক, কুক, কলম, কমল অসীনচীঙবা।

'খ'

খবর, খরচ, খন্দ, খ্রীস্ত, খ্রীসন্তান, খাজনা অসীনচীঙবা।

'গ'

গুন, গঙ্গা, গুরু, গৌরীয়, গর্ভ, গোপাল, গোর্বমেন্ট, গার্দ, গ্রীন, গাঈদ অসীনচীঙবা।

'ঘ'

ঘত, ঘতনা, ঘবী, ঘনস্যাম, ঘনপ্রীয়া অসীনচীঙবা।

'চ'

চন্দা, চাকা, চবীত্র, চক্র, চাকরী, চবন, চরনাম্রীত, চামর, চাগা, চাদীঙ, চান্স, চেলেনজ, চান্সেল্লর, চেস অসীনচীঙবা।

'জ'

জীবন, জগত, জাতী, জহাজ, জন্ম, জয়, জল, জাম, জীলা, জঙ্গী, জঙ্গল, জামীনী, জুবা, জর্জ অসীনচীঙবা।

'ঝ'

ঝাল, ঝোল, ঝুলোন, ঝল্ল-মল্ল অসীনচীঙবা।

'ত'

তীর্থ, তলব, তন্ত্র, তর্পন, তাল, ত্যাগ, তুলসী, তুলা, তারীখ, তবলা, তেবল, তুপী, তীচর, তার্ম, ত্রঙ্কোল, তেলীফোন, তেলীগ্রাম, তেলীভীজন, তু, তেন, তেরসীঙ, তসর  অসীনচীঙবা।

'থ'

থন্দা, থর্ম্মোমীতর, থর্ম্মোফ্লাক্স, থ্রী  অসীনচীঙবা।

'দ'

দল, দয়া, দাম, দর্সন, দলাল, দসা, দন্দী, দেব, দোনা, দখীনা, দরবার, দান, দাউ, দাঈ, দাঈরেক্তর, দ্রাঈভর, দীয়ুতী, দাক্তর, দোনেসন, দীক্সনারী, দীজল, দ্রেস, দরজী, দুরবীন  অসীনচীঙবা।

'ধ'

ধর্ম্ম, ধারনা, ধুপ, ধারা, ধোন, ধুলোক, ধনজয় অসীনচীঙবা।

'ন'

নত, নয়ন, নয়া, নবীন, নাতক, নজব (নোজোব), নগর, নীউজ, নেম-প্লেত, নোত, নাঈন  অসীনচীঙবা।

'প'

প্রেস, প্রভু , পতী, প্রীথীবী, পুজা, পাপ, পাপী, প্রলয়, পন্দীত, প্রার্থনা, প্রমান, পাত্র, পৈসা, পতাল, পম্প, পাঈপ, পোস্ত, পীস্তোল, পেন্সীল, পেত্রোল, পাউদর, প্লেন, পাস, পাসবুক, পার্সেল পলতন অসীনচীঙবা।

'ফ'

ফলা, ফল, ফুল, ফরমল, ফীরঙ্গী, ফাদর, ফ্রুঈত, ফোরমুলা, ফ্রুত, ফেন, ফোতো, ফোন, ফরনীচর, ফাঈল, ফ্লাঈত, ফার্স্ত, ফোর, ফাঈত অসীনচীঙবা।

'ব'

বলী, বসন্ত, বাবু, বার্তন, ব্রামহন, বীহারী, বীনা, বীন্দু, বীচার, বীদাঈ, বৈস্নব, বন্দ, বুক, বোল, ব্লোক, বেকরী, বজেত, বেতরী, বোর্দ, বেগ, বেঙ্ক, বোক্স, ব্লেকবোর্দ, ব্লেদ, বোক্সীঙ, বস, বেনচ, বল্ব, বেলুন, বেন্দ-পার্তী, ব্রেকেত, বর্মা অসীনচীঙবা।

'ভ'

ভারত, ভাব, ভুমী, ভজন, ভগত, ভক্ত, ভগবান, ভাবক, ভার, ভালো, ভারতীয়, ভান, ভেলী, ভোলুম, ভোকচর অসীনচীঙবা।

'ম'

মালা, মন্ত্র, মায়া, মন্দল, মুর্তী, মান্দব, মন, মেলা, মন্ত্রী, মন্দীব, মার্চ, মোর্নীঙ, মে, মেদীসীন, মোর্দন, মোরেল, মেজর, মার্ক, মুদ, মেনেজর, মীক্স, মেথমেতীক্স, ম্যেনমার অসীনচীঙবা।

'র'

রাধা, রাম, রাহু, রানী, রাজা, রস, রামায়ন, রাসলীলা, রুপ, রমায়ন, রীতু, রুম, রোদ, রেদীও, রীম, রীবন, রেলী, রবর, রীসীপ, রেজীস্তার, রোকেত, রীভোলভর, রেকোর্দ, রীর্জাব, রুত, রীস্কো, রীকোভর, রীজাঈন অসীনচীঙবা।

'ল'

লতা, ললীতা, লালমনী, লদু, লখমী, লাখ, লখমন, লেম্প, লেম্পতন, লাঈত, লাঈফ, লীঙ্ক, লক্স, লোঙকোত (long cloth), লাদ (লার্দ) অসীনচীঙবা।

'ৱ'

ৱান, ৱার্দ, ৱেদ, ৱে, ৱাতর, ৱেসকোত, ৱাঈতীঙরুম, ৱাকীঙ, ৱাতর-সপ্লাঈ, ৱেল-কম, ৱীসকী, ৱার্কসোব, ৱায়ার, ৱাতর, ৱাতর-বেগ অসীনচীঙবা।

'স' (ছ, শ, ষ)

সখী, সাখা, সাধু, সর্ম্মা, সক্তী, সাতীন, সত্র, সায়া, সান্তী, সতী, সীঙহ্, সাঈকল, স্তেত, স্পাঈ, স্কুল, স্কোলার, সাঈন্স, স্ত্রাঈক, সোফা, স্কুতর, সরফ, স্তেজ, সারবীস, সবজেক, স্পোর্তস, স্তাম্প, সীক্স, সেভেন, সাউন্দ,স্বর্গ, সন্ধী, সমাস, সীন্দুর, সীফাঈ, সঙ্গীত, সরকার, সীকসা, সঙ্কর, স্লোক, শ্রীঙ্গার, শ্রী, স্তীল, স্তেসন, সুঈতর (স্বেতর), সেকেন্দ, সুকরখান (supper fine) অসীনচীঙবা।

'হ'

হৱা, হরী, হৱাগারী, হলঙ্কার, হোলী, হনুমান, হলন্ত, হেমন্ত, হুকুম, হীন্দুস্তান, হাজাম, হুঈসেন, হজ, হেন্দীমেন, হেন্দবেগ, হেন্দবুক, হেন্দীকেপ, হোল, হন্দ্রেত, হঙ্গর স্ত্রাঈক, হোলীদে অসীনচীঙবা।

'য়' (য)

য়ন্ত্র, য়াঙ্গল, য়ান্ত্রীক, য়াদু, য়মুনা, য়ঙ, য়ম, য়তন, য়ুরোপ,

য়ুরোপীয়ান, য়ুনীফোর্ম, য়ুনীয়ন অসীনচীঙবা ।।।

মথক্তা অতোপ্পা লোনসীঙদগী চঙসল্লকপা ৱাহৈ খরগী খুদম পীগ্রে। অসীগুম্বা অতোপ্পা লোন্দগী চঙসল্লকপা ৱাহৈসীঙগী চাঙ অসী য়াম্না ৱাঙনা লৈ। ৱাহৈসীঙ চঙসল্লকপা অসীনা মীতৈলোনগী ৱাহৈপুক্কে হেন্না মপুঙ ফাহল্লী। মসীগা লোয়ননা মীতৈগী পুন্সীগা মরী লৈনবা নাত (কলচব) কী সবুক কযাদসু অহোঙবা অমসুঙ অওনবা লাকহনখী। যাম্না কন্না অহোঙবা লাকখীবদী ১৮ সুবা চহীচাদা হীন্দু ধর্ম্ম চঙলকপা অমদী ১৯ সুবা চহীচাদা ব্রীতীসকা খুতসম্নবকপা মতম অসীদগীনী। মতম অসীদা মীতৈগী হান্না লৈবস্বা/চতনরকপা য়ুমলৈ- কৈরৈ, লাইনীঙ-লাইসোন অসী হোঙলকপগা লোয়ননা ৱাঙাঙ সঙাঙ (লোন্দা-পুদা) দসু অহোঙবা য়াম্না লাকখী। অসুম্না হোঙলকপা/ ওনলকপা মওঙ অসী থাক কয়াদা ঙসী ফাউবা লেপতরী। মসীগী মবুওয়বা মবমদী মীতৈলোন অসীনা অহীঙবা লোন অমা ওয়বদর্গ

০০০

## অনীসুবা সরুক

# (মীতৈলোনগী বানান)

চাউখতপা লোন পুম্নমক্কী ৱাহৈ খুদীঙগী অরেপ্পা মসক অমমম লৈনৈ। লোন হাঙ্গীবসী অকক্লবা বানান অমসুঙ অরেপ্পা মসক লৈতবা অমতনা চাউখতপা ঙমদে। মতাঙসীদা বানান (ঈবা হাঙ্গীবসী) কয়া য়াম্না মরু ওয়বগে হাঙ্গীবদু সমলপ্পা পীজরী। মরমদী বানান হাঙ্গীবসী ঈবগী মওঙ অদুনী। লোন অমগী অসেঙবা অমসুঙ অচুম্বা মসক খঙগে হাঙ্গীরবদী অঙ্গীবা মসক্তা লেপ্পা তাঙ্গী। ঈবনা বানানগী মসক্নী। চুম্না ঙাঙনবা মসক্তুদী মী অমগা অমগা নত্রগা মী অমখক্তগীসু মফম মতমগী মতুঙঈন্না মান্নদবা মসক ময়াম অমা উবা ফঙগনী। অদুবু অঙ্গীবা লোনদদী হাঙ্গীরীবা মান্নদবা (বানান লানবা) খেন্নবা অসীগী চাঙ য়াম্না হনথগনী। অদুগা ঈদবদদী তাবা ফঙদবতা নত্তনা হৌখ্রবা মতমগী থৌদোক ৱাথোকসু খঙবা ঙমলোয়। হৌখ্রবা মতমগী ৱারী অমসুঙ অরাপ্পা মফমগী ঈ-পাউ অঙ্গীবনা (অঙ্গীবা রেকোর্ডগী) খঙবা/পীবা ঙম্মী। মতাঙ অসী দীরীনজরনা অসুম্না হাঙ্গীরম্মী —

"Writting is one of the most important means of communication the only one indeed which can defy time and space- it is not an exaggeration to say that writing is the main currency of man's civilization ................ Written language has become the vehicle of civilization and so of learning and education" (The alphabet-D. Diringer, P.1)[1]

লোন অসীগী অঙ্গবা, অবেপ্পা মসক অমা লৈরবদী মদু মীয়াম্না ঈকাঙ্গ খুম্নে অমসুঙ খুম্নফম থোকঈ। মরমসীনা লোন্দুবু ঙাঙলীবা তমলীবা নৈনরীবা মীপুম খুদীঙমক্না লোনদুবু ঈরীবা মসাগী নত্রগা অতোপ্পগী মযেক্কুগী নেচর নীঙথীনা মসক খঙবা তঙাঈফদে। ময়েক অদুনা মহুত সীল্লীবা খোনথোক অমসুঙ ব্রাহে অদু করী করম্না পাগনী, পানৈ হাঈবদু খঙনবা অমদী হৈনবা তমগদবনী। খুদম ওইনা --

ꯄꯣ (পো) = পেপুপা, মীতৈ ময়েক্না ঈরীবা ব্রাহে অসী মতাঙ অমসুঙ অর্থনা 'পেপুপা' হাঈনা পাগনী / পানৈ হাঈবা খঙঈ। ব্রাহেসী অরীবা মীতৈ পুয়া লাঈরীকুগীনী। মসীদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী, ময়েক খঙলবসু পাবা হৈতবা/থোক্তবা য়াঈ। মরম অসীনা লাঈবীক (ঈবা-পাবা) তম্বা/তম্বীবা মতমদা ময়েক অদুগী ঈবা অমসুঙ পাবগী চতনবীদু মুন্না তঙাঈফনা খঙগদবনী।

মীতৈলোন হৈবা পাম্বা মী অমনা মীতৈলোন অসীবু ঈনরীবা মীতৈ ময়েক/বাঙলা ময়েক অসীগী চতনবী মতুঙঈন্না পাবা-ঈবা হৈনবা তমগদবনী। মসীগী মনুঙদা (পাবা/ঈবা) অমা ব্রাতপদা মী অদু মীতৈলোন (লাঈবীক) হৈবা কৌবা যাদে। ঙাঙবমখৈ ঙম্মী/হৈ হাঈবদী য়াঈ। অসুম্না বাঙলা, উর্দু, হীন্দী, ঈঙলীসনচীঙবা লোনসীঙসী ঈনরীবা ময়েকসীঙগী পাবা অমসুঙ ঈবগী চতনবী (nature) অদু খঙদনা/ হৈতনা হাঈরীবা লোনসীঙসী হৈবে/খঙলে হাঈনা লৌবা য়াদে। মীতৈলোনগী (মনীপুরী লোনগী) ঈতীহাস কৌবা লাঈরীক অসী বাঙলা মযেক্তা ঈবনী। বাঙলা মযেক অসীনা লমদম (মনীপুর) অসীদা চঙলকপসী চাউবাক্না খৃ: ১৮৬০-৭০ বোমগী মতমদগীনী হাঈনা

অখঙ-অহৈসীঙনা লৌনৈ। মসীগী মমাঙ ঙল্লীঙৈগী মতমদদী লমদম অসীদা মীতৈ ময়েক্কা ঈনরম্মী। অদুবু সাহেবসীঙগা (য়ুবোপীয়ানসীঙগা) সম্নবকপদগীদী মীতৈ ময়েক্কা ঈবগী থবকসী লেপ্পা তাবকখী। মরমদী মীতৈ ময়েক অসী মখোয়দা খুতলোয়দবা নত্রগা অতৈ মবম খরা লৈরম্বা তাঈ। মরম অসীনা মখোয়না (সাহেবসীঙনা) অহানবদা দেবনাগরী ময়েকপু সীজন্নবা/ঈনবা হৌখী।

সাব উইলীয়ম কেরীনা ঈঙ ১৮২৭ তা নীউ তেস্তামেন্তগী সবুক খবা দেবনাগরী ময়েক্কা মীতৈলোন্দা হন্দোকুনা ফোঙখী। খুদম ঃ-

৪৩ कि कुमलकपने। यिशुना खुमलकतना मखोएपु हाएये।

৪৪ करिनो नहाककि कैरौएलेकाएद संताननकुनो। इपा असिना ऐपु शिरकपने मासिना थिरुतना कनाकुमपसु ऐकि इनाकट लाकप फडलाएतन।

৪৫ लैतमकि मासिपु ऐ हौकतकतनए। नविकि वारिटा असि इरिये करिनी असि डमना ईश्वरतकि तमपिप ओएरि कनिये असिकितमक अतु मी खिपिकना तारे माना मपाकि।

৪৬ मनाकता तमपा मासि ऐकि इनाकदा लाकलियें। आतु ईदाइवकि ओएपने।

৪৭. ऊपा नतेये तौयिकुमसु मासिना मपापु ऊपने। ऐ चुमना नखोइपु होरपने करिनो अतु कनाकुमपना ऐडोललमदा थाचना तौये मासिकि पुनशि नुडाएपद ओएकतने।

৪৮ ऐ मासि हिंलिप मखै तलनेय, नहाककि पुरोलना तापिरे।

৪৯ चारमये माना असि सिखिरमलेये। तल अतु नोथकनिये असिने करिनो मी मासि चारपति सिरोएतने।

মত৷ৌ অসুম্না লমদমসীদা মীতৈময়েক্কী মহুততা দেবনাগরী ময়েক্কা চতনখীগদৌরে নত্রগা চতনখ্রগনী খনবদগী বাঙলা মচাসীঙনা সাহেবকা লৌতুনবগা নৌহৌনা বাঙলা ময়েকপু লমদমসীদা চতনহন্নবা হোতনখী। "নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি বৃটীশশিংনা বাঙ্গলা লোন অমসুং ময়েক্কা লময়ান্দুনা লৈবাক মচা অসিদা পুশিল্লকখী।"[২] (মনি.নোং. শিক্ষ লা:৩)

মতম অসীদগী মীতৈলোনবু বাঙলা ময়েক্কা ঈবা/তম্বা/তম্বীবা হৌরকপদগী ঙসী ফাউবদা বানান চুম্না ঈনদ্রী। মসীগীদমক হাঈবদী বানান অসীগীদমক সরকার অমসুঙ লনাঈ লুপ কয়ানা মীতৈলোনগী বাঙলা ময়েক্কা ঈবা বানান অসী চুম্নবা (লান্দনবা-হাঈবদী খোনথোক্কা চাননা) ঈনবা ঈঙ ১৯২৫ দগী ঙসীফাউবা য়াম্না কন্না হোতনরী। অদুবু অপাম্বা পান্দম অদু ফঙবদী ঙমনদরী। মতাঙসীদা Robert Hall না হাঈরীবসী নীঙসীঙবা য়াঈ।

" Learning to spell involves an active skill, the learner must be able to start from the way he speaks and write down the corresponding letters. Since passive comprehension and response to a problem normally precedes the aquisition of active habits, it is reasonable that learning to read should precede., learning to spell. It is therefore very desirable that the teacher have enough knowledge of the phonology to the language whose spelling is being taught and also of the local dial ect of the learners."[3] (Intro. Ling – R.A. Hall JR.P – 434)

মথক্তা হাঙ্গৈরীবা ৱাফমসীঙ অসী অসেঙবনী। লোনদুবু ঈনরীবা বানানগী অমসুঙ পাবগী চতনবী অদু হৈননবা কন্না হোতনগদবনী। ঙাঙলীবা লোন্দুবু খুদম (symbol) দা (লোন অদুবু ঈনরীবা ময়েক্তা) ঈবা অমদী পাবা হৈননবগীদমক ওজা নাঈনা নীয়ম চুম্না তমগদবনী। অসুম্না লোন (লাঈরীক) তম্বা/তম্বীবা মতমদা পাবা-ঈবা অসী বানান চুম্না পাবা/ঈবা ঙম্নবা হোতনদবা য়াদে।

মতাঙ অসীদা পন্নীঙবা অমদী মীতৈলোন অসী য়াম্না ঙল্লীবেঁ ময়েক (মীতৈ ময়েক, দেবনাগরী, রোমান অমসুঙ বাঙলা) না হেক ঈবা হৌরকপদগী ঙসীফাউবা বানান চুম্না ঈদ্রী/ঈনদ্রী। মসীগী খুদম মখাদা পীরী ঃ-

ক) **মীতৈ ময়েক --**



(সঙ. পা. ম.)
(নিঙেল নুঙ)
(নিঙেল নুঙ)
(খোই. নুঙ)
(কো. লা. নুঙ)

খ) **দেবনাগরী --**

कैरोए लैकाएद संताननकुनो।
लैतमकि मासिपु ऐ हौकतकतने।
चारमये माना असि सिखिरमसेये।
हिंकतने। अमसु तल अतु ऐ पिनक तने अतुद।

(নীউ তেম্ভামেন্ত)

**গ)** **রোমান ময়েক --**

Muneepoor (Manipur) – {Pemberton}

Kokshing (Kakching) – { " }

Moitay/Mieethei (Meetei)– { " }

Jaee Sing (Jay Singh) – { " }

Burut Shah (Bharat Shai) –{Dun, Gazette of Manipur}

Oogut Shah (Chit Shai)

{Govt of India, account No XXVII Man Valley}

**ঘ)** **বাঙলা --**

টাযবং = মনি. পুবা. - লা· ৭, অতোম্বাপু দেব শর্ম্মা ।

হুজিকশুং= মনি পুবা. লা: ৫. অতোম্বাপু দেব শর্ম্মা ।

শিঙেন = হিজম অঙাংহলগী শৈবেং খবা ১বা, ২শুবা শরুক, খোর্মাজনবা হি. বোমোনি সিংহ ।

মতোই = হিজম অঙাংহলগী শৈবেং খবা ১বা, ২শুবা শরুক, খোর্মজিনবা হি. বোমোনি সিংহ ।

*অসীনচীঙবা ।*

মথক্তা মীতৈলোনবু তোঙান তোঙানবা মযেক্তা ঈবা অমসুঙ মসীগী বানান লানবগী (মান্নদবগী) খুদম খবা ঈথ্রে। বানান হাঈবসী মযেক্তা ঈবগা মওঙনী। অদুগা লোন্দুগী চতনবী মতুঙঈন্না বাহৈগী পাবগী মওঙস লৈ। পাবগা ঈবগা যাম্না নকনবা মবী লৈনদে/লৈনৈ। চতনবী অমগী মতুঙঈন্না পাবা/ঈবা ঙাকুনী। মবমসীনা ঈবগা-পাবগা নত্রগা পাবগা-ঈবগা মান্নদে। অদুনা লোন তম্বা/তম্বীবদা পাবা অমসুঙ ঈবা

মতমদাময়েক্কী চতনবীগী মতুঙঈন্না সেঙনা পাবা/ঈবা, ঈবদা খুতচত চুম্না তম্বা/তম্বীবা ফৈ। মসীগী মতাঙ অসীমদী মীতৈলোন্দা অৱাতপা অমা লৈখীবগুম তৌঈ। চুম্না পাবা অমসুঙ ঈবা হাঈবসী তঙাঈফদে। মসীগী মতাঙদা শ্রীকালাচান্দ সাস্ত্রীনা হাঈ, "কনা কনাগুম্বা ওঝানা মশানা মাগী মাগী খোঙ্থোক্তদি শ্রি, ছ্রী, স্রী, শ্রী, শ্, ছ্, স্, ষ্ নচীঙবগী খোঙ্থোক্লা হায়রগা অঙাংশিংদদী "শ্রী" গী বানান তৌহন্নীঙলী, অদুগা "শ্রী" হায়বা সীম্বোল (Symbol) অসী চপ চানা ইহন্নীঙলি।" (ন, স, প, স, না ফোঙবা ম, ল, ব,-১৯৬৮ লা: ১) মসীমক মীতৈলোনগী মতাঙদা হৌজীকসু থোক্লীবনী। লোন অসীবু হেক ঈবা হৌরকঙৈদগী (মীতৈ মযেক্লা ঈবা হৌরকপা মতমদগীনা ঙসীফাউবা) চতনবী (নীয়ম) অমগী মখাদা য়াম্না চেকসীন্না পাবা, ঈবা, তম্বা/তম্বীবগী থবক তৌদ্রী হাঈবা য়াঈ। মসীগী খুদমদী লোনসীগী ওয়বা অফবা, অচুম্বা লোনমীতলোন (গ্রামার), লোনগৈ (দীক্সনারী) অমত্তা লৈত্রীবসীনী। অফবা/অৱাঙবা থাক্কী লোনগৈ (দীক্সনারী), লোনমীতলোন (গ্রামার) অমদা পাবা/ঈবগী চতনবী/চতন পথাপ অদু ফজনা তাকঈ। খুদম ওযনা লোনমীতলোন অমদা (নৈনবীবা/ঈবীবা) লোনগী সক্তাক (জেন্দব) সীঙতাক (নম্বব) মতম (তেন্স) অসীনচীঙবসীঙ অসীগী মতুঙঈন্না ৱাহৈগী মসক (বানানগী মসক হোঙবা) অমসুঙ ঈবগী চতনবীসীঙ অদু তাকঈ। খুদম ঃ-

১। **সীঙতাক** (number)

*(অ)* *ঈঙলীস (English)*

| *Singular* | *Plural* |
|---|---|
| Foot | Feet |
| Tooth | Teeth |
| Ship | Ship |
| Boy | Boys |
| Country | Countries |

*অসীনচীঙবা।*

*(আ)* *হীন্দী (Hindi)*

| एकवचन | बहुवचन |
|---|---|
| गया | गये/गए |
| चला | चले |
| पढ़ा | पढ़े |
| लिखा | लिखे |

অসীনচীঙবা।

*(ঈ)* *মনীপুরী (Manipuri)*

| *অমা সীঙতাক* | *মযাম সীঙতাক* |
|---|---|
| ঐ | ঐখোয |
| নঙ | নখোয/নখোযসীঙ |
| মহাক | মখোয/মখোযসীঙ |
| ঐ + অনী (ঈবানী) | ঐখোযনী |

*অসীনচীঙবা।*

২। **সক্তাক** (Gender)

(অ) *ঈঙলীস (English)*

| *Masculine* | *Feminine* |
|---|---|
| Male | Female |
| He | She |
| Man | Woman |
| Ox | Cow |
| Cock | Hen |
| | *অসীনচীঙবা ।* |

(আ) *হীন্দী (Hindi)*

| *पुलिंग* | *स्त्रीलिंग* |
|---|---|
| लड़का | लडकी |
| बैल | गाय |
| फुल | लता |
| ग्रंथ | किताब |
| | *অসীনচীঙবা ।* |

(ঈ) *মনীপুরী (Manipuri)*

| *পারম* | *পীরম* |
|---|---|
| সল লাবা | সল অমোম |
| য়েনবা | য়েনবী |
| নুপা | নুপী |

| পাখঙ | লৈশাবী |
|---|---|
| | অসীনচীঙবা । |

৩। মতম (Tense)

(অ) *ঈঙলীস (English)*

| Present | | Past | | Past Participle |
|---|---|---|---|---|
| Write | – | Wrote | – | Written |
| eat | – | ate | – | eaten |
| go | – | went | – | gone |
| do | – | did | – | done |

*অসীনচীঙবা ।*

(আ) *হীন্দী (Hindi)*

| व: काल | स: भुतकाल | पु: भुतकाल |
|---|---|---|
| जा | गया | गया था |
| चला | गयी | गयी थी |
| ला | लाया | लाता था |

*অসীনচীঙবা ।*

(ঈ) *মনীপুরী (Manipuri)*

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| চতপা | - | চতখী | - | চতকনী | - | চতলমগনী |
| লাকঈ | - | লাকখী | - | লাক্কনী | - | লাকলমগনী |
| লাকপা | - | চতখীরা | | হল্লকপা | - | হল্লক্লমগনী |
| | | | | | - | হল্লক্লম্মী |

*অসীনচীঙবা ।*

মথক্তা পীরীবা তোঙান-তোঙানবা সীঙতাক, সকতাক, মতম্নচীঙবা লোনমীতলোনগী ওযবা মচাকসীঙগী মতুঙঈন্না ৱাহৈসীঙগী মসক মান্নদে, হোঙঈ। অসীগুম্বা মান্নদবা মযাম অসী ফজনা নীয়মনচীঙবা তাকপা/উতপা লোনমীতলোন (গ্রামাব), লোনগৈ (দীক্সনারী) ঙসীফাউবা ফঙদ্রী/লৈত্রী ।

মথক্তা হাঙ্গরীবা/ঈবীবা অসীগী মথক্তা মীতৈলোনগী খোনথোক্তা চানবা ময়েকুমক সাবা/পুথোকপা/লৌবা/তৌহৌদবদগী ঙসীগী বানান লানবা হাঙ্গবা ৱাথোক অসী লৈরীবনী/ওযরীবনী। হাঙ্গরীবা বানান চুমদবা/অবেপ্পা মসক লৈতবা অসীগী মরম কয়ামবুম লৈ। মরমসীঙ অদুগী মনুঙদা মরুওযবা মবম খবা মখাদা পীরী --

(ক) ময়েক সাবা/পুথোকপা মতমদা লমদমসীগী মীওযসীঙগী খোনথোক্তা চাননা সাদবা অমদী মতম সাঙনা চঙখীবা ।

(খ) মপানগী মীনা লমদমসীগী মীসীঙগী মীঙ, লম্মীত, তুম্মীতকী মমীঙ মুন্না খঙদবা অমদী খোনথোক চুম্না হাঙ্গবা ঙমদবা ।

(গ) মীতৈলোনগী খোনথোক্তা চানদবা (মীতৈলোনগী খোনথোক্তা য়াউদবা/লৈতবা) বাঙলা ময়েক মযাম অমা লৌসীল্লবা মসীগী চৈতপনচীঙবা { অ-আ (া), ং -ঙ, ই-য, ` -ী, ু - ূ অসীনচীঙবা} অসী অরুম-অযাঙ হাঙ্গনা খাঙ্গদোক্লগা পাবা অমসুঙ ঈবা তম্বা/তম্বীখীবা ।

(ঘ) মীতৈলোন্না তোনেন ওযবা অমদী ৱাহৈ অমগী অর্থ যাম্বা অসীগী মতুঙঈন্না পাবা/ঈবা, তম্বা/তম্বীবা ৱাতপা ।

*অসীনচীঙবা ।*

***মথক্স পীরীবা ব্রাফম খরসী অমুকসমলপ্পা মথঙ মথঙ নৈনরী-***

(ক) মীতৈময়েক অসী সাবা/পুথোকপা মতমদা লমদমসীগী মীওযসীঙগী খোনথোক্কা চানদবা খরা য়াউখী। মসী অতোপ্পা লোনগী অমসুঙ মযেক্কী ঈথীন্না সাবা/পুথোকপা ওইনা তৌখীবদগী ওয়বা যাঈ। অতোপ্পা ময়েক্তা লৈবা/য়াউবা ময়েক খুদীঙমক মীতৈ মযেক্তা লৈহন্নবা হোতনবগী মওঙ উবা ফঙঈ। মবমসীনা ময়েকসীনা ঈবা পুযাসীঙদসু বানান মান্নদবা তোয়না থেঙনৈ। অতোপ্পা ব্রাফম অমনা ময়েকসী মতম সাঙনা হাঙ্গবদী নীঙথৌ কযাগী মতমদা সাখীবনী । অদুনা মান্নদবসী থোক্লীবনী।

(খ) লৈবাক অসীগী মীঙ অমসুঙ মীগী মমীঙ অসী মপানগী মীনা নীঙথীনা পাবা/হাঙ্গবা/ঈবা ঙমদবা/হৈতবগুম তৌরম্মী। *খুদম ঃ—*

| | |
|---|---|
| Muneepoor | — Pemberton |
| Moitay/Mieethei | — ” |
| Meekly/Mogly | — Assami |
| Kate | — Tekhao |

*অসীনচীঙবা ।*

(গ) মীতৈলোনগী খোনথোক্কা চানদবা (মীতৈলোনগী খোনথোক্তা যাউদবা/লৈতবা) বাঙলা ময়েক ময়াম অমা লৌসীল্লুবা -- হাঙ্গবীবা ব্রাফম অসী অচুম্বনী । হৌজীক মনীপুরদা মহৈবোযসীঙনা তম্নবীবা/ঈনবীবা মীতৈলোন অসী বাঙলা মযেক্তুনী। ঐখোযনা লাঙ্গবীক তম্বা/তম্বীবা মতমদা ঈনরীবা

বাঙলা ময়েক অসী পুন্না ৫৩ (য়াঙ্খৈহুমদোঙ্গ) নী। মখোয়দুদী নীঙসা (স্বর) ময়েক -- **অ আ ই ঈ উ ঊ ঋ ৯ এ ঐ ও ঔ অং অঃ** - (১৪) অমসুঙ হক (ব্যনজন) ময়েক - **ক খ গ ঘ ঙ চ ছ জ ঝ ঞ ট ঠ ড ঢ ণ ত থ দ ধ ন প ফ ব ভ ম য র ল ৱ শ ষ স হ ক্ষ ড় ঢ় য় ঁ ৎ** - (৩৯) পুন্না ১৪ + ৩৯ = ৫৩ নী।

মথক্তা পীরীবা/ঈরীবা ময়েক (নীঙসা-১৪ + হক - ৩৯ পুন্না ৫৩) অসীগী মনুঙদা মীতৈলোনগী খোনথোক্তা লৈতবা/য়াউদবা অমদী খোনথোক মান্নবা মসক্তী মান্নদবা ময়েক্তা পুন্না ২১ লৈ। মখোয়সীঙ অদুদী- **ঈ (ই), ঊ, (উ), থারগা ঋ, ৯, ং (অং), ঃ (অঃ), ছ, ঞ, ট, ঠ, ড, ঢ, ণ, শ, ষ, য, ড়, ঢ়, ৎ, ক্ষ, ঁ** = ২১

পুন্না ময়েক ৫৩ লৈরম্বা অদুদগী মথক্কী ২১ অসী খাঙ্গদোকখ্রগা লেমহৌরীবা ময়েক ৩২ (৫৩ - ২১ = ৩২) অসীতনা মীতৈলোন অসী মপুঙ ফানা ফজনা ঈবা য়াঙ্গ। হাঙ্গরীবা ময়েক ৩২ অদুদী --

| | | | |
|---|---|---|---|
| অ | ক | স | ল |
| আ | ম | প | ন |
| ঈ | চ | ত | খ |
| উ | ঙ | থ | ৱ |
| ও | য় | হ | ফ |
| ঔ | গ | জ | দ |
| এ | ব | র | ঘ |
| ঐ | ঝ | ধ | ভ = ৩২ |

মথক্তা ঈবীবা ময়েক ৩২ অসীগী মনুঙদা নীঙসা ৮ অমসুঙ হক মযেক ২৪ নী। অহানবগী নীঙসা ময়েক ৮ অসীগী মনুঙদা 'অ' অসী নত্তনা অতৈ ৭কী দী সকওন চৈতপ ৭ লৈ। মদুদী --

| <u>মপুম মযেক সকওন চৈতপ</u> | | <u>হক মযেক্তা তপ্পগী মওঙ</u> |
|---|---|---|
| আ = া | = | কা |
| ঈ = ী | = | কী |
| উ = ু | = | কু |
| ও = ো | = | কো |
| ঔ = ৌ | = | কৌ |
| এ = ে | = | কে |
| ঐ = ৈ | = | কৈ |

মতাঙ অসীদা পনবা যাবা অমনা মীতৈলোনদা নীঙসাগী খোনথোক (মযেক) ৬ তঙ লৈ হাঙ্গীনা মত পীবা যাউঙ্গী। 'ঐ' অমসুঙ 'ঔ' অনী অসী মথঙসীতনা - অ + ই = ঐ অমসুঙ অ + ও = ঔ ওযবনী হায়বদী 'ঐ' অমসুঙ ' ঔ ' অসী দীপথোঙনী হাঙ্গীবনী। অদুবু অঙ্গীবগী ব্রাখলদদী অনীসীগী তোঙানবা মসক লৈবতা নত্তনা মীতৈলোনগী বাহৈ পুক্কেদা মবাঙ কাঙ্গীনা সীজন্নে। খুদম - ঔগ্রী, ঔবাঙ্গীবা, ঐখোয, ঐহাক অসীনচীঙবা। মবম অসীনা অনী অসীসু তোঙানবা মযেক্কী হাঙ্গীনা লৌগদবনী। মতৌ অসুম্না হৌজীক হৌজীক ঙাঙনবীবা মনীপুরী লোন (মীতৈলোন) অসী মথক্তা পীথ্রবা পুন্না ময়েক ৩২ অসীনা লোঙ্গীনা মপুঙ ফানা ঈবা যাঙ্গী। অসুম্না তৌরবদী ঐখোয়গী বানান লানবগী চাং যাম্না হনথগনী। অদুগা ময়েক ৩২ অসীদগী

অহেনবা ময়েকসীঙ (২১) অসী লৌথোকপা অসীনা হেন্না বৈগানীক ওয়গনী।

(ঘ) মীতৈলোন্না তোনেন ওয়বা অমদী মসীগী ৱাহৈপুক্কেদা লৈরীবা/য়াওরীবা ৱাহৈসীঙনা ৱাহন (অর্থ) য়াম্বা (Homonyms) ওয়বসী ময়েক্কী অৱুম অয়াঙনা (বনান্না খুঃ— মি-মী, ই-ঈ অসীনচীঙবা) কোকহনগনী খনবা/হোৎনবা অসীনা বানান লালহনবগী অচৌবা মৱুওয়বা মরমসীঙগী মনুঙদা অমনী। হৌজীক মীতৈলোনগী অর্থ য়াম্বা ৱাহৈসীঙবু বাঙলা ময়েক্কী মৱুওয়না- **অ আ ই ঈ উ ঊ ি ী ৃ ৄ ং ঙ য় ছ ষ শ স** নচীঙবা ময়েকসীঙনা অৱুম অয়াঙ হাঈনা থাঈদোক্লগা তম্বা/ তম্বীবগী/ঈবগী চতনবী অমা লীসাঙসীতনা লাক্লী। মসী য়াম্না চুমদবা/লানবা ৱাখল মখল অমনী হাঈনা খনজৈ। মসীনা লোনগী ফজবা নত্রগা অচুম্বা মসক্তু মাঙহল্লী। ৱাহৈ অমগী নত্রগা ৱাহৈ পরেঙ অমগী অর্থ হাঈবসীদী পারীবা/ঈরীবা মী অদুনা মতাঙ অমসুঙ মফমগী মতুঙঈন্না লেপ্লী। বানান্না (হাঈবদী ময়েক্কী অৱুম অয়াঙনা লেপ্লা নত্তে) লেপ্লা ঙমদবসু লাকঈ। কোন্না চতনখ্রবা মতমদা য়ানবনা অমনী ।

*খুদম* --

তাঈবা = ফৌ/চেঙ তাঈবা = (য়োনবা)

তাঈবা = থুম তাঈবা = (লৈবা)

তাঈবা = ফী তাঈবা = (ফাজীনবা)

ৱানবা = চেঙ / ফৌ ৱানবা = (লৈবা)

ৱানবা = চরা ৱানবা

কঙবা – পুক কঙবা = (নোঙ্গবা/চাউথোকপা)

কঙবা - যাঙ কঙবা = (পীকসীনবা)

*অসীনচীঙবা।*

**অর্থ য়াম্বা ৱাহৈ (Homonym words) ঃ-**

কন্বা – মহাউ ৱাঙলা, মী হাতপা/থাঙনা যানবা

নম্বা – মনম নম্বা, সাপা নম্বা, মী নম্বা, নাপীনা নম্বা

মী – তীন মখল অমা

মী – তাঙ্গবঙ মী

মী – হকচাঙগী মী/মী

কাঙ – চীঙনবা কাঙ

কাঙ – মী চীকপা কাঙ (তীন)

কাঙ – খুউ কাঙ

কাঙ – কাঙ সান্নবা

লোন লোল - মীগীলোল, ঈশীঙ লোলবা, ফী লোলবা, নুপী লোলবা *অসীনচীঙবা।*

মথক্কী ৱাহৈসীঙসী মনীপুব সবকাবনা - ং-ঙ, ই (ি)-য় অমসুঙ ন-ল নচীঙবা মযেকসীঙসী অবুম-অয়াঙগী মতুঙঈন্না অর্থ তোঙানগনী হাঈ। অদুবু চপচাবা খুদম সুনা পীবা ঙমদে।

অসুম্না মযেক্কী অবুম-অযাঙগী মতুঙঈন্না অর্থ তাক্লবা হোতনৈ। অদুবু মসীনা মীতৈলোনগী ওযবা ৱাহৈ অমগী চপ চাবা অর্থ লোযনা পীবা/তাকপা ঙমদে। খুদম খবা অমুক যেঙবীউ ঃ—

| | | |
|---|---|---|
| চাবা | — | চাক চাবা |
| চাবা | — | সান্নবা |
| চাবা | — | লনবা |
| চাবা | - | পীক্তবা-চাউদবা (চপ চাবা) |
| পাবা | — | অপোকপা ঈপা |
| পাবা | — | লাঈবীক পাবা |
| পাবা | — | থাদবা |
| পাবা | - | লম্বা পাবা |
| | | *অসীনচীঙবা।* |

মথক্কী খুদম খবা অসীদগী মযেক সেঙনা খঙঈ, বানান্না ৱাহৈগী অর্থ লোযনা তাকপা/পীবা ঙমদে। ৱাহৈগী অর্থদী মফম, মতম অমসুঙ মতাঙনা তাকঈ/পী।

লোনগী বানান হাঈবসী যানবা (মুন্না/কুপ্না খন্নবগা) অমগী মতুঙঈন্না চতনবনী/যানবনী। অমবোমদা বানান হাঈবসী মীতকী অমসুঙ নাকোঙগী হৈনবী/যানবগী মওঙ হাঈবা অমসু নৈ। *খুদম* -

| | | | |
|---|---|---|---|
| **(ক)** | **নাকোঙনা য়াবা** -- | **I C A B** | (মীতনা যাদে) |
| | | **( I see a bee)** | |
| | -- | **4 U** | |
| | | **(For you)** (মীতনা যাদে) | |

**(খ)** **মীতনা য়াবা**

Therefore = (থেবে ফোবে) নাকোঙনা য়াদে।

| | | |
|---|---|---|
| But | = | (বুত) নাকোঙনা য়াদে। |
| Cut | = | (কুত) নাকোঙনা য়াদে। |
| Put | = | (পুত) " য়াঈ। |

*অসীনচীঙবা।*

মথক্তা হাঙ্গীশ্রীবা/পীশ্রীবা ব্রাফমসীঙ অসীগী মরমদী বানান হাঙ্গীবসী চতনবী অমসুঙ য়ানবগী মওঙ (Tradition & convention) অমনী হাঙ্গীবনী।

## পোরম কাঙবা (Suggestion)

অঙ্গীবনা পোরম কাঙলীবা (সজেসন তৌরীবা) ময়েক ৩২ অসীনা ঈনরবদী হৌজীক মনীপুরীদা থেঙনরীবা বানানগী চাঙ মান্নদবা অসী ৯৯$^{১}/_{২}$% (মরীফুতরামাপল মখাঙ্গী) দী কোক্কনী। অদুগা $^{১}/_{২}$% অসীনা মখাদা পীরীবা ময়েকসীঙ অসীনা থোকহল্লী।

মখোয় অদুদী -- উ - ও

ঈ - য়

ন - ল

আ - া = (৭)

*অসীনচীঙবা।*

হাঙ্গরীবা ময়েক ৭ অসীনা অমনা অমগী মফমদা লাকপা/ঈবা/পাবা হাঙ্গীবসীসু বানান লানবগী মসক অমনী। মরম অসীনা মসীগী মতাঙদা চতন-পথাপ অমা সেমদুনা মখাদা পীজরী --

উ -- ও

ময়েক অনীসী মখাদা পীরীবা মওঙ (নীয়ম) অসুম্না লেপ্পা য়াঈ-

| মীঙসক (Noun) | | থৌতাক (Verb) |
|---|---|---|
| পাও | --- | পাউ |
| থাও | --- | থাউ |
| কাও | --- | কাউ |
| লাকও | --- | লাকউ |
| | --- | লাউ |
| য়েঙও | --- | য়েঙউ |
| চতলো | --- | চতলু |
| | | *অসীনচীঙবা ।* |

ঈ -- য়

অমসুঙ অরোয়বদা মথঙসীতনা ' ঈ ' অমসুঙ 'য় ' লাক্লবদী আকার (া) গা 'ঈ' গা অদুগা ওকার (ে া) লাক্লবদী/লৈরবদী ' য় ' ঈগনী/ সীজন্নগনী।

*খুদম* --

| আ + ঈ | ও + য় |
|---|---|
| পাঈ | পোয় |
| লাঈ | লোয় |
| তাঈ | তোয় |
| থাঈ | থোয় |

| | |
|---|---|
| হাঈ | হোয় |
| কাঈবা | কোয়বা |
| খাঈবা | খোয়বা |
| ফাঈবা | ফোয়বা |
| চাঈবা | চোয়বা |

*অসীনচীঙবা।*

**ন --- ল**

'ন' অমসুঙ 'ল' অনীসী অমনা অমগী মহুত্তা হাঈবদী ৱাহৈগী ময়াঈ অমসুঙ অরোয়বদা লাকপা ঙম্মী। খুদম --

| | | |
|---|---|---|
| লোন | — | লোল |
| মতোন | — | মতোল |
| ফান | — | ফাল |
| পন | — | পল |
| পুকচেন | — | পুকচেল |
| উফুন | — | উফুল |
| অকোনবা | — | অকোলবা |
| মাপন | — | মাপল |
| লোনবা | — | লোলবা |
| চেনবা | — | চেলবা |

*ীঙবা।*

মথক্তা পীরীবা খুদমসীঙ অসী চুম্মী। চতনবা য়াঈ। মসীবু অমনা অমগী মহুতসীনবা য়াবা ময়েক (Free variation) কৌঈ।

***খঙগদবা***— 'ন ' অমসুঙ ' ল ' অনীগী মথক্ম লৈরীবা মওঙ অসীদা অমনা অমগী মহুত সীনবা য়াবা খোনথোক (ময়েক) ওয়না লৈ হাঙীবসী ময়েক সেঙলে। অদুবু 'ন ' অমসুঙ ' ল ' গী মখাদা (মথঙদা) মান্নদবা ময়েক হাঙীবদী ' ন ' গী মথঙদা ' ল ' নত্রগা ' ল ' গী ' ন ' লাক্লবদী অকোনবগী ময়েক অদু মথক্কী নত্রগা মখাগী ময়েক অদুগা মান্নহনগনী। মসীবু এসীমীলেসন তৌবা হাঙীনা খঙনৈ ।

*খুদম* —

লোনলী — লোল্লী ন > ল

লোলনী — লোন্নী ল > ন

পোনলী — পোল্লী ন > ল

তোলনী — তোন্নী ল > ন

*অসীনচীঙবা ।*

আ -- া

'আ' অমসুং 'া' অনী অসী ব্রাহ্মৈগী অবোয়বদা হাপ্পা নত্রগা হাপতবা অনীমক হৌজীক চতনরী । খুদম :

চাবা — চাব

তাবা — তাব

পাবা — পাব

উবা --- উব

ইবা — ইব

*অসীনচীঙবা ।*

খঙগদবা — মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুন্নমক অবোয়বদা 'া ' হাপতবা যাবদী নততে।

খুদম : লা, ঙা, থা, তা, পা, মা, হা

*অসীনচীঙবা ।*

মবম অসীনা 'া ' হাপ্লা যাবা/যাদবগী তোঙানবা list অমা সেম্বা ঙমদবনীনা 'া ' অসী অসুম হাপ্লসীনা অইবগী অপাম্বনী।

মথক্তা হাঙ্গীবীবা নীযম অসী ঙাক্লা চতনগদবনী ।

লাঈবীক অসীদা অঈবনা / সীজন্নবীবা বাঙলা ময়েক পুন্না ৩২ নী। মসীনা হৌজীক ঙাঙনরীবা মীতৈলোনগী ৱাহৈ পুক্কেদা য়াউরীবা/ লৈবীবা ৱাহৈসীঙ (মীতৈলোনগী অবীবা অনৌবা ৱাহৈ অতোপ্লা লোনদগী লাকপা/চঙলকপা) লোযনা ঈবা যাঈ। খুদম —

পলেম, পনথৌ, ঈস্বব, স্ত্রী, মন্দীব, সাঈকোলোজী (প্সাঈকোলোজী), কেমেস্ত্রী (চেমেস্ত্রী), ঘব (ঘোব), জল (জোল), স্কুল, সতুদেন্ট, বালতী, ক্রীস্ম, কনহাঈ, বীস্নু, অগ্নী, বীকসা, রকসা, ধর্ম, সর্মা, বীনীত, জমুনা, ব্রীন্দাবন, স্ত্রী, জগনাথ *অসীনচীঙবা ।*

**তপ্লবা ময়েক** — বাঙলা ময়েক্তা ময়েক তপ্লবগী চতনবী অমা লৈ। মবম অসীনা বাঙলা ময়েক্কী তপ্লবগী চতনবী অসী মুন্না খঙদবা যাদে।

*খুদম* — (১) **নাঙসা + নীঙসা (স্বর + স্বর)**

অ + অ = আ

ই + ই = ঈ

অ + এ = ঐ

অ + ও = ঔ

(২) **নীঙসা + হক (স্বর + ব্যনজন)**

ঈ + ক = কী

এ + ক = কে

ও + ক = কো

(৩) **হক + হক (ব্যনজন + ব্যনজন)**

ক + ক = ক্ক

ক + ত = ক্ত

ক + ল = ক্ল *অসীনচীঙবা।*

বাঙলা ময়েক তপ্পবা য়াবসীঙ অসী অমগা-অমগা তপ্পবা/তীন্নবা মতমদা মসক খরা হোঙবা/পুমহোঙ হোঙবা য়াউঈ ।
*খুদম* —

ক) **মসক খরা হোঙবা** —

ক + ক = ক্ক

প + প = প্প

ম + ব = ম্ব

চ + চ = চ্চ

ল + ল = ল্ল

ন + ন = ন্ন

খ) **তপ্পবা মতমদা মসক পুমহোঙ হোঙবা।** *খুদম* —

ক + র = ক্র /ক্র

ত + র = ত্র / ত্র

গ + ু = গু / গু

হ + ম = হ্ম / হ্ম

*অসীনচীঙবা।*

মথক্তা পীরীবা/ঈরীবা তপ্পবা ময়েকসীঙ অসী য়েঙলগা অমুক হন্না মখল অনী থোক্লা খাঈদোকপা য়াঈ —

১) সাগৈ মান্নবা ময়েকসীঙ তপ্পবা

অ + অ = আ

উ + উ = ঊ

ক + ক = ক্ক

চ + চ = চ্চ

প + প = প্প

২) সাগৈ মান্নদবা ময়েকসীঙ তপ্পবা। খুদম —

আ + ক = কা

ঈ + ক = কী

উ + ক = কু

ক + য় = ক্য

ঙ + ক = ঙ্ক

ন + ত = ন্ত

*অসীনচীঙবা।*

অসুম্না লাঈবীক অসীদা সীজন্নরীবা/ঈনরীবা ময়েক ৩২ অসীগী মনুঙদা তপ্পবা য়াবা মসকসীঙ অদু অমুক হন্না উতলী —

## ক) ময়েক অনী তপ্নবা

**ক +**

| | |
|---|---|
| ক + আ = কা | ক + ক = ক্ক |
| ক + ঈ = কী | ক + ত = ক্ত |
| ক + উ = কু | ক + ন = ক্ন |
| ক + এ = কে | ক + ব = ক্ব |
| ক + ঐ = কৈ | ক + য় = ক্য |
| ক + ও = কো | ক + র = ক্র |
| ক + ঔ = কৌ | ক + ল = ক্ল |
| | ক + স = ক্স |

**খ +**

| | |
|---|---|
| খ + আ = খা | খ + ব = খ্ব |
| খ + ঈ = খী | খ + য় = খ্য |
| খ + উ = খু | খ + র = খ্র |
| খ + এ = খে | |
| খ + ঐ = খৈ | |
| খ + ও = খো | |
| খ + ঔ = খৌ | |

**গ +**

| | |
|---|---|
| গ + আ = গা | গ + ব = গ্ব |
| গ + ঈ = গী | গ + র = গ্র |
| গ + উ = গু | গ + য় = গ্য |

গ + এ = গে
গ + ঐ = গৈ
গ + ও = গো
গ + ঔ = গৌ

**ঙ +**

ঙ + আ = ঙা
ঙ + ঈ = ঙী
ঙ + উ = ঙু
ঙ + এ = ঙে
ঙ + ঐ = ঙৈ
ঙ + ও = ঙো
ঙ + ঔ = ঙৌ

ঙ + ক = ঙ্ক
ঙ + খ = ঙ্খ
ঙ + গ = ঙ্গ
ঙ + ঘ = ঙ্ঘ
ঙ + ঙ = ঙ্ঙ
ঙ + য় = ঙ্য
ঙ + র = ঙ্র

**চ +**

চ + আ = চা
চ + ঈ = চী
চ + উ = চু
চ + এ = চে
চ + ঐ = চৈ
চ + ও = চো
চ + ঔ = চৌ

চ + চ = চ্চ
চ + য় = চ্য
চ + র = চ্র

জ +

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| জ + আ = জা | | | জ + জ = জ্জ | |
| জ + ঈ = জী | | | জ + ব = জ্ব | |
| জ + উ = জু | | | জ + য় = জ্য | |
| জ + এ = জে | | | জ + র = জ্র | |
| জ + ঐ = জৈ | | | | |
| জ + ও = জো | | | | |
| জ + ঔ = জৌ | | | | |

ত +

| | |
|---|---|
| ত + আ = তা | ত + ত = ত্ত |
| ত + ঈ = তী | ত + ব = ত্ব |
| ত + উ = তু | ত + ন = ত্ন |
| ত + এ = তে | ত + ম = ত্ম |
| ত + ঐ = তৈ | ত + য় = ত্য |
| ত + ও = তো | ত + র = ত্র |
| ত + ঔ = তৌ | |

থ +

| | |
|---|---|
| থ + আ = থা | থ + য় = থ্য |
| থ + ঈ = থী | থ + র = থ্র |
| থ + উ = থু | |
| থ + এ = থে | |
| থ + ঐ = থৈ | |

থ + ও = থো

থ + ঔ = থৌ

**দ +**

দ + আ = দা

দ + ঈ = দী

দ + উ = দু

দ + এ = দে

দ + ঐ = দৈ

দ + ও = দো

দ + ঔ = দৌ

দ + দ = দ্দ

দ + ব = দ্ব

দ + ম = দ্ম

দ + য = দ্য

দ + ব = দ্র

**ন +**

ন + আ = না

ন + ঈ = নী

ন + উ = নু

ন + এ = নে

ন + ঐ = নৈ

ন + ও = নো

ন + ঔ = নৌ

ন + জ = ন্জ

ন + ত = ন্ত

ন + থ = ন্থ

ন + দ = ন্দ

ন + ন = ন্ন

ন + ধ = ন্ধ

ন + ব = ন্ব

ন + য় = ন্য

**প +**

প + আ = পা

প + ঈ = পী

প + প = প্প

প + ব = প্ব

প + উ = পু
প + এ = পে
প + ঐ = পৈ
প + ও = পো
প + ঔ = পৌ

প + ত = প্ত
প + ন = প্ন
প + য় = প্য
প + র = প্র
প + ল = প্ল
প + স = প্স

**ফ +**

ফ + আ = ফা
ফ + ঈ = ফী
ফ + উ = ফু
ফ + এ = ফে
ফ + ঐ = ফৈ
ফ + ও = ফো
ফ + ঔ = ফৌ

ফ + ব = ফ্র
ফ + য় = ফ্য

**ব +**

ব + আ = বা
ব + ঈ = বী
ব + উ = বু
ব + এ = বে
ব + ঐ = বৈ
ব + ও = বো
ব + ঔ = বৌ

ব + দ = ব্দ
ব + ব = ব্ব
ব + য = ব্য
ব + ব = ব্র

ভ +

ভ + আ = ভা
ভ + ঈ = ভী
ভ + উ = ভু
ভ + এ = ভে
ভ + ঐ = ভৈ
ভ + ও = ভো
ভ + ঔ = ভৌ

ভ + য = ব্য
ভ + ব = ভ্র

ম +

ম + আ = মা
ম + ঈ = মী
ম + উ = মু
ম + এ = মে
ম + ঐ = মৈ
ম + ও = মো
ম + ঔ = মৌ

ম + ম = ম্ম
ম + প = ম্প
ম + ফ = ম্ফ
ম + ব = ম্ব
ম + ভ = ম্ভ
ম + ন = ম্ন
ম + র = ম্র
ম + য = ম্য
ম + ল = ম্ল

য় +

য + আ = যা
য + ঈ
য + উ = যু

য় + এ = য়ে
য় + ঐ = য়ৈ
য় + ও = য়ো
য় + ঔ = য়ৌ

র +

র + আ = রা
র + ঈ = রী
ব + উ = রু
র + এ = রে
র + ঐ = রৈ
র + ও = রো
র + ঔ = রৌ

ব + ক = র্ক
র + খ = র্খ
র + গ = র্গ
র + চ = র্চ
র + জ = র্জ
র + ত = র্ত
র + থ = র্থ
র + দ = র্দ
র + ধ = র্ধ
ব + প = র্প
র + ফ = র্ফ
র + ব = র্ব
ব + ভ = র্ভ
র + ন = র্ন
ব + ম = র্ম
ব + য = র্য
ব + স = র্স

ল +

ল + আ = লা

ল + ঈ = লী

ল + উ = লু

ল + এ = লে

ল + ঐ = লৈ

ল + ও = লো

ল + ঔ = লৌ

ল + ত = ল্ত

ল + ব = ল্ব

ল + ল = ল্ল

ল + য = ল্য

ল + ব = ল্র

ব্র +

ব + আ = বা

ব + ঈ = ব্রা

ব্র + উ = বু

ব্র + এ = ব্রে

স +

স + আ = সা

স + ঈ = সী

স + উ = সু

স + এ = সে

স + ঐ = সৈ

স + ও = সো

স + ঔ = সৌ

স + ক = স্ক

স + ত = স্ত

স + থ = স্থ

স + ন = স্ন

স + প = স্প

স + ব = স্ব

স + ম = স্ম

স + ল = স্ল

স + য় = স্য

স + ব = স্ব

হ +

হ + আ = হা

হ + ঈ = হী

হ + উ = হু

হ + এ = হে

হ + ঐ = হৈ

হ + ও = হো

হ + ঔ = হৌ

হ + ন = হ্ন

হ + ব = হ্ব

হ + ম = হ্ম

হ + য = হ্য

হ + র = হ্র

বাঙলা মযেক্তা মযেক অনী ফাউবা তপ্নবগী খুদম মথক্তা পীখ্রে। হৌজিক মীতৈলোনদা ঈনবা/সীজীন্নবা মযেক অহুমদগী মবীফাউবা তপ্নবগী খুদম মখাদা পীবী।

**ময়েক অহুম তপ্নবা —**

ক + ত + ব = ক্ত্ব / ক্ত্ব

ঙ + খ + ব = ঙ্খ্ব

ন + ত + ব = ন্ত্ব / ন্ত্ব

ব + ত + ত = ত্ত / তর্ত

ত + ত + ব = ত্ত্ব / তত্ব

ঙ + গ + ব = ঙ্গ্ব / ঙ্গ্ব

ন + ধ + য = ন্ধ্য / নধ্য

***খণ্ডগদবা ঃ-*** মযেক অহুম তপ্নবা মযেকসীঙ মসা মতোমদদা মপুঙ ফাজবা ওমদে।

**ময়েক মবী তপ্নবা —**

ম + ব + ব + উ = ম্ব্রু (সম্ব্রু)

ন + ত + ব + এ = ন্ত্বে (হন্ত্বে)

ক + ত + ব + উ = ক্ত্বু (পীক্ত্বু)

ব + ত + ব + য = র্ত্ব্য (মতর্ত্ব্য)

প + ত + ব + ত্র = প্ত্বে (কপ্ত্বেঙ)

ম + প + ব + আ = ম্প্রা (চম্প্রা)

*অসীনচীঙবা।*

***খণ্ডগদবা*** — ব্রেকেত অসীগী মন্থংদা লৈবীবা অহানবা মযেক **স, হ, প, ম, ক, চ** সী তপ্নবদা যাউদে। অদুবু মীতৈলোনগী ব্রাহৈ-পুক্কৈদা মখোযনা লৌবীবা/তৌবীবা থোদাঙদী যাম্না চাউঈ।

মখক্তা বাঙলা মযেক্তা তপ্নদুনা/তপ্নবগা ঈবগী মওঙ/নীযম খবা উতখে/তাকখ্রে। মীতৈলোনগী বাহৈ পুক্কৈদা বাঙলা মযেক মবী তপ্নবদগী হেন্না যাউবা বাহৈসীঙ ঈবা/সীজন্নবগী খুদম ফঙদে। অদুগা মযেক মবী তপ্নবা অসীদা কাতেন্না চাউবা (সাঙবা) যাউঈ। খুদম : ম্ব্রু, ক্ত্বু, ঙগ্রু অসীনচীঙবা। মবমসীনা মযেক তপ্নবা অসীসু সিলেবল (syllable) ক্রমগী মযেকতমক তপ্নবা — সম + ব্রু, পীক + ত্বু অসীনচীঙবা।

তপ্পবা ময়েকসীঙ অসীগী মনুঙদা ময়েক খবদী তপ্পবা মতমদা মসক অনী-অনী লৈ /সুঈ। *খুদম* —

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| হ+উ | = | হু | = | হু | স+উ | = | সু | = | সু |
| গ+উ | = | গু | = | গু | ব+উ | = | বু | = | বু |
| ক+ত | = | ক্ত | = | ক্ত | ঙ+গ | = | ঙ্গ | = | ঙ্গ |
| ক+র | = | ক্র | = | ক্র | ভ+র | = | ভ্র | = | ভ্র |
| হ্+ম | = | হ্ম | = | হ্ম | ষ+ফ | = | ষ্ফ | = | ষ্ফ |

*অসীনচীঙবা।*

লাঈরীক অসীদা অকোনবা ময়েক্কী তপ্পবা/নীযম অসী ওযনা লৌঈ/সীজন্নে। মবর্মদী অহানবগী মসক ওনবা/হোঙবা মওঙ অসীদী হৌজীক মতমদা চতনদ্রে/চানদ্রে। অনৌবা সাঈন্সকী পোতথোক কয়া লাকপা অসীনা হেন্না খুদোঙচাবা অমদী লাঈনা খঙবা পাম্বে থীনবে।

***খঙজনগদবা ঃ*** — মখক্তা ঈবীবা ময়েক তপ্পবসীঙ অসী নত্তবা তপ্পবা যাদবা ময়েক কয়া অমসু বাঙলা ময়েক্তা লৈবী। খুদম ওঈনা —

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| অ | + | ঐ | = | যাদে |
| ঈ | + | উ | = | যাদে |
| ক | + | খ | = | যাদে |
| চ | + | ত | = | য়াদে |
| হ | + | ক | = | যাদে |

*অসীনচীঙবা।*

Manipur Gazette

EXTRAORDINARY

Published by Authority

No. 117-E-101 Imphal, Monday, July 28, 1969 (Sravana 6, 1891)

---

Government of Manipur

**OFFICE OF THE DIRECTOR OF EDUCATION**

No. 36/14-68-ED

Imphal, the 20th June, 1969

## NOTICE

The Govt. of Manipur has approved Spelling Rules for Manipuri as in the annexure entitled Manipuri Longi Banan Kanglon vide Secretariat letter No. 17-5/68-SE dated Imphal, the 12th June, 1969.

**N. B. SINHA**

Director of Education

Government of Manipur

# ANNEXURE

## মনিপুরী লোনগী বানান কাঙলোন

১। **অকার অমসুং আকার ঃ**- মণিপুরী লোনগী অকার অমসুং আকারগী চৈতপ তপ্পা ৱাহৈশিংগী খোঙ্হোক্কী অকম-অযাং অনীগী খেন্নবা মওঙ অসি ময়েক শেংনা উৎপা ঙম্নবা পাম্নে লৈতে। অদুবু অকম্বা খোঙ্হোক্তা মখোযদু শীজিন্নবা তাববদি, মখোযগী মখাদা লৈযি চিংবসি অভিধান (Dictionary) দদি তৌগদবনি। মদুদি ঃ-

### (১) অকার

| অয়াংবা | অকম্বা |
|---|---|
| কম্বা (মহাউ ৱাৎপা) | <u>কম্বা</u> (ঙকুম্বা ককপা) |
| নম্বা (মনম লৌবা) | <u>নম্বা</u> (ছাপা নম্বা) |

### (২) আকার

| | |
|---|---|
| তাবা (উণ্ডম্বদগী তাবা) | <u>তাবা</u> (নাকোংনা তাবা) |
| পাবা (লাইবিক্লচিংবা পাবা) | <u>পাবা</u> (থাদবা) |

য়েংগদবা ঃ- (ক) বিভক্তি, অব্যযনচিংবগী মমৈগী আকার ঃ- বিভক্তি অব্যযনচিংবগী মমৈগী আকার অসি কনাগুম্বনা তেন্না, অদুগা কনাগুম্বনদি শাংনা চায়দোকই। তেন্না চাম্বা কাঙথুনা আকারগী মহুৎ অসি অকারনা শিল্লি। কাঙলুপ খদিংগী চপ মান্নবা বাহৈগী তোঙান-তোঙানবা বানান লৈবা যাদবনা মমৈগী। আকারবু লৌথোক্লবদি মফম-মরাং খঙদবগী মতৌ কোক্লবা হসন্তগা খুদম তোযনা শীজিন্নবা তাবনা,

অমসুং মখাগী আকার অসি থায়নদগী থমলক্লবনা মমৈগী আকার অসি লৌথোকলোইদবনি। মদুদি ঃ-

| | | | |
|---|---|---|---|
| কদ্রা —— চৎকদ্রা | প্রা —— চৎপ্রা | কুম্না —— মহাক্কুম্না | না —— ঐনা |
| ত্রা —— লাক্ত্রা | রা —— চৎশিরা | তা —— লৈপাক্তা | ফাওবা- মদু ফাওবা |
| পা —— চৎপা | কা —— মহাক্কা | দা —— মঙোন্দা | |

অসিগুম্বা আকারনা লোম্বা ৱাহৈশিংগী তুংদা অতোপ্পা ৱাহৈ নত্রগা বিভক্তি তপশিল্লবদি মমৈগী আকারবু অকারনা শিনগনি। মদুদিঃ——

চৎকদ্রনে, লাক্ত্রবরা, মঙোন্দসু ।

না, শা, থানচিংবা মশানা আকারনা লোম্বা ৱাহৈশিংগী মতাংদদি মথক্কী পথাপ অসি চৎনরোই । মদুদি ঃ——

নাদা, শাদা, থাদা ।

**(খ) অরানবা মওঙদা আকারগী মহুৎপু বিসর্গ (ঃ) না শিনবা ঃ—— মথক্কী পথাপ অসি থুগাইরগা আকারগী মহুৎ অসি কনাগুম্বনা বিসর্গনা (ঃ) শিল্লি। মদুদি ঃ——**

| | |
|---|---|
| ওইবদ ঃ | নীংথিদ ঃ |
| খরত ঃ | ফজৈদ ঃ |

বিসর্গ (ঃ) না আকারগী মহুৎ শিনবসি মণিপুরী লোনগী চৎনবী (convention) অমসুং খোম্থোক্কী পরম থুগাইবনি। বিসর্গ (ঃ) না " স " অমসুং " হ " গী খোম্থোক্কী মহুৎ শিনবদি বৈজ্ঞানিক ওই। মরম অসিনা বিসর্গ (ঃ) না আকারগী মহুৎ শিনবসি তৌরোইদবনি। মথক্কী খুদমশিং অসি ওইবদা, খরতা, নীংথিদা, ফজৈদা হায়না ইগদবনি।

২। **ই অমসুং ঈ** — ব্যঞ্জন ময়েক্কা পূন্দবা মতাংদা, অয়াংবা খোঙ্থোক্তা ই অমসুং অরূম্বা খোঙ্থোক্তা ঈ শীজিন্নগদবনি। মদুদিঃ—

| **অয়াংবা** | **অরূম্বা** |
|---|---|
| ইনবা (হকচাংদা ফিগুম্বা ইনবা) | ঈনবা (শাফূ পীদুনা তুহন্নবা হোৎনবা) |
| ইবা (লাইবিককুম্বা ইবা) | ঈবা (হকচাং ঙমদবা) |

**য়েংগদবা ঃ**— (ক) আকাব অমসুং ওকারগী তুংদা য় ঃ- অরূম্বা খোঙ্থোক ফোঙদোকপা মতাংদা আকার অমসুং ওকারগী তুংদা য় থমগনি, ঈ থমলোই।

মদুদিঃ— **(১) আকার**

| **অয়াংবা** | **অরূম্বা** |
|---|---|
| কাইবা (খাইবা) | কায়বা (মচেৎ তাবা) |
| পাইবা (উচেক্কুম্বনা পাইবা) | পায়বা (খূৎকুম্বনা পায়বা) |
| **(২) ওকার** | |
| কোইবা (লম্বী শাংদোকপা) | কোয়বা(অয়ুক্কুম্বদা কোয়বা) |
| তোইবা (মচেৎ তাবা) | তোয়বা (ইতৎ তত্তনা তৌবা) |

[খ] উ অমসুং উকারগী তুংদা ই ঃ— ঊ অমসুং ঊকারনা অরূম্বা খোঙ্থোক খঙহনবা মতাংদা মখোয়গী তুংদা ই থমগনি ঈ থম্মোই। মদুদিঃ-

| অয়াংবা | **অরূম্বা** |
|---|---|
| উইবা (ভুর্মানংবা) | ঊইবা (তেক্কন্দবা) |

হুই (শীংচেপ)

হুই (তাউবা, শা মখল অমা)

[গ ] ঐ হায়বা সর্ব্বানামদগী থোকপা ইয়ূম, ইপোৎনচিংবা ৱাহৈশিংগী ই অমসুং ধাতুগী মাঙ অমসুং তুংদা তপ্পা ইগী খোঙ্হোক অসি লূম্মবসু ইনা শিনগনি। মদুদিঃ—

(১) ঐদগী থোকপা ই — ইপোৎ, ইয়ূম, ইরৈবাক ।
(২) ধাতুগী মাঙগী ই — ইচপ চপ্পা, ইপা পাবা ।
(৩) ধাতুগী তুংগী ই — ককই, থকই ।

৩। **ইকার অমসুং ঈকার ঃ**— অয়াংবা খোঙ্হোক্তা ইকারগী চৈতপ অমসুং অরূম্বা খোঙ্হোক্তা ঈকারগী চৈতপ শীজিন্নগনি। মদুদিঃ—

| **অয়াংবা** | **অরূম্বা** |
|---|---|
| থিবা (ফংননবা হোৎনবা) | থীবা (ফজদবা) |
| শিবা (থৱায় থাবা) | শীবা (পাখোনগুম্বা শীবা) |

**য়েংগদবা ঃ**— [ক ] অসি অমসুং মসি হায়বা সর্ব্বনামগী মমৈগী ইকারগী খোঙ্হোক অসি খরা লুম্না উই। অদুবু চৎনরকপগী মতুং ইন্না মখোয় অসি ইকারগী মতেংনা ইগনি। মদুদি ঃ— অসি, মসি ।

[খ ] অব্যয়, ক্রিয়াবিভক্তি অমসুং প্রত্যয়শিংগী মমৈগী ইকারগী খোঙ্হোকক্তি লূম্নবসু ইকারনা শিনগনি । মদুদি ঃ—

তি — মহাক্তি, খি — চৎখি, রম্মি — চারম্মি,
চিন — হাপচিনবা, থি — নমথি, রি — চারি,
মিন্ন — চামিন্নবা, পনি — চৎপনি, শি — চাশি,
কনি — চৎকনি, পি - তাকপি ।

[গ] সম্বন্ধ বোধক অমসুং অপাদান কারক্কী বিভক্তি অমসুং স্ত্রীলিঙ্গগী খূদমগী মমৈদা লাকপা স্বরগী কোম্ভোক্তি চৎনবীগী মতুং ঈন্না ঈকারনা উৎকনি। মদুদি ঃ—

কী, গী (সম্বন্ধ কারক্কী বিভক্তি) মহাক্কী, মাগী
দগী (অপাদান কারক্কী বিভক্তি) মদুদগী, রামদগী
পী, বী (স্ত্রীলিঙ্গ খূদম) ঃ—

অঙাওবী, অশংবী, খোঙবী, খূৎপী, নাপী, পাম্বী, শেকপী, ঙারাকপী, লম্বী, কম্বী।

৪। **উ অমসুং ঊ ঃ—** ব্যঞ্জন ময়েক্কা পূন্দবা মতাংদা অয়াংবা খোম্ভোক্তা উ অমসুং অরূম্বা খোম্ভোক্তা ঊ শীজিন্নগনি। মদুদি ঃ—

| অয়াংবা | অরূম্বা |
|---|---|
| উন (ঈশিংগী ফর্মজিনবা শক্তম) | ঊন (হকচাংগী কুরাংপান) |
| উম্বা (য়া মনুংদা থমবা) | ঊম্বা (ফন্দোক্তবা) |

**য়েংগদবা ঃ—** [ক] আকারগী তুংগী উ অমসুং ও ঃ— আকারগী তুংদা উ থমদুনা অয়াংবা, অদুগা ও থমদুনা অরূম্বা খোম্ভোক উৎকনি। অরূম্বা খোম্ভোক উৎননবা 'উ' থমলোই। মদুদি ঃ—

| অয়াংবা | অরূম্বা |
|---|---|
| কাউবা (নীংশিংদবা) | কাওবা (খোঙপাক্লা কাওবা) |
| লাউবা (ব্রা কন্না ঙাওবা) | লাওবা (খূদবা) |

[খ] **উ** অমসুং ক্রিয়া বিভক্তি ঃ ক্রিয়া বিভক্তিদা য়াওবা ঊ গী খোম্ভোক্তি উ না শিনগনি। মদুদি ককউ, থকউ।

৫। **উকার অমসুং ঊকার ঃ—** অয়াংবা খোন্থোক্তা উকারগী চৈতপ অমসুং অরূম্বা খোন্থোক্তা ঊকারগী চৈতপ শীজিন্নগনি। মদুদিঃ—

| অয়াংবা | অরূম্বা |
|---|---|
| পুবা (মফম অমদগী অমদা য়ৌহনবা) | পূবা (শেল পূবা) |
| শুবা (মকুপ তাহনবা) | শূবা (থবক তৌবা) |

**য়েংগদবা ঃ-** ধাতুগী মাঙ অমসুং তুংদা অমদি অব্যয়গী তুংদা লাকপা উকারগী খোন্থোক্তি লূম্লবসু উকারনা শিনগনি। মদুদি ঃ—- কনু-চৎকনু, লু-চৎলু, পুম-পুমচা চাবা, পু-মহাকপু, নু-কাওনু, শনু-চৎশনু, শুক-শকচা চাদবা, সু ঐসু।

[খ] অদু অমসুং মদু হায়বা সর্ব্বনাম অমসুং মখোয়দগী শেম্বা ক্রিয়া বিশেষণশিং অদুগা অসি অনসুং মসি হায়বা সর্ব্বনামদগী শেম্বা ক্রিয়াবিশেষণগী উকারদি লূম্লবসু উকারনা শিনগনি। মদুদিঃ— অদু, অদুক, অদুম, অসুক, অসুম, মদু, মদুক, মসুক, মসুম।

৬। **একার, ঐকার, ওকার অমসুং ঔকারগী** চৈতপ তপ্পা ৱাহৈশিংগী খোন্থোক অরূম অয়াং অনীগী খেন্নবা মওঙ অসি তাকপা য়াবা পাম্বে লৈতে। অদুবু অরূম্বা খোন্থোক তাকপা মতাংদা মখোয়বু শীজিন্নবা তারবদি মখোয়গী মখাদা লৈয়ি চিংবসি অভিধান (dictionary) দদি তৌগদবনি। মদুদি ঃ—

**(১) একার**

| অয়াংবা | অরূম্বা |
|---|---|
| চেনবা (পাউনচিংবা চেনবা) | <u>চেনবা</u> (লমজেন চেনবা) |
| থেনবা (উৎননবা তোৎনবা) | <u>থেনবা</u> (লুদবা) |

**(২) ঐকার**

| | |
|---|---|
| পৈবা (খোমজিনবা) | <u>পৈবা</u> (ঙামথবা) |
| লৈবা (য়ুমগুম্বদা লৈবা) | <u>লৈবা</u> (মমল পীদুনা লৌবা) |

**(৩) ওকার**

| | |
|---|---|
| থোনবা (কোক্তা থাংগৎপা) | <u>থোনবা</u> (ফিনচিংবা শেৎপা) |
| লোনবা (চাগুম্বা লোনবা) | <u>লোনবা</u> (থিংজিনবা) |

**(৪) ঔকার**

| | |
|---|---|
| তৌবা (থবকনচিংবা তৌবা) | <u>তৌবা</u> (লৈপাক্লচিংবা তৌবা) |
| লৌবা (মৈদা ওমদুনা মুলহনবা) | <u>লৌবা</u> (খূৎ চনশিনবা) |

**য়েংগদবা ঃ—** ঐকারগী অরূম্বা খোন্থোক ফোঙদোক্লনবা, কনাগুম্বনা শেরান্ননা অয় শীজিন্নে। মদুদিঃ—

| | |
|---|---|
| কয় (কোৎ) | মহয় (পান্থীগী মহৈ-মরোং) |
| মরয় (যোৎলীগুম্বা লৈশিনবগী মওঙ) | ব্রাহয় (শব্দগী মচেৎ) |

ঐকারগী অরূম্বা খোন্থোক্কী মহুৎপু অয়না শিনবা অসি মণিপুরী লোনগী খোন্থোক অমসুং চৎনবীগা চানদে, মসি তৌরোইদবনি, মথক্কী খূদমশিং অসি — কৈ, মরৈ, মহৈ, ব্রাহৈ হায়না ইগদবনি।

৭। **অনুস্বার (ং) অমসুং ঙ ঃ—** অয়াংবা খোন্থোক্তা অনুস্বার (ং) অমসুং অরূম্বা খোন্থোক্তা ঙ্ শীজিন্নগনি। মদুদি ঃ—

| অয়াংবা | অরূম্বা |
|---|---|
| কাংবা (লৎপা) | কাঙবা (হাংদোকপা) |
| থেংবা (য়ৈশিনবা) | থেঙবা (ঙন্দবা) |

**য়েংগদবা ঃ—** অনুস্বাব (ং) নত্রগা ঙ অনী থংননা লৈবা মতাংদা অহানবা অনুস্বার (ং) নত্রগা ঙ গী মহুৎপু কনাগুম্বনা চন্দ্রবিন্দু ( ঁ ) না শিল্লি। মদুদিঃ— চীঁ ঙু, নুঁ ঙাইবা, শীঁ ঙেন, লাঁ ঙোন ।

চন্দ্রবিন্দু ( ঁ ) না অনুস্বার নত্রগা ঙ গী মহুৎ শিনবসি চৎনবী অমসুং খোঙ্হোক্কা চানদে, মসি তৌরোইদবনি। মথক্কী খুদমশিং অসি — চীংঙু, নুংঙাইবা, শীংঙেন, লাংঙোন হায়না ইগদবনি।

[খ] ঈ, ঈকার, ঊ, ঊকারগী তুংদা অনুস্বার (ং) ঃ— ঈ, ঈকার, ঊ, ঊকারনা অরূম্বা খোঙ্হোক খঙহনবা মতাংদা মখোয়গী তুংদা অনুস্বার (ং) থমগনি, ঙ থমলোই। মদুদিঃ—

**(১) ঈ**

| **অয়াংবা** | **অরূম্বা** |
|---|---|
| ইংখোন (য়ুম শাদুনা লৈনবা লম) | ঈংবা(শাদবা) |
| **(২) ঈকার** | |
| চিংবা (থৌরীগুম্বা চিংবা) | চীংবা (উৎপা) |
| তিংবা (খোয়দবা) | তীংবা (ঈশিংদা থম্বা) |
| **(৩) ঊ** | |
| উংবা (তৌফম খঙদবা) | ঊংবা (খুংগুম্বা উংবা) |
| (৪) ঊকার | |
| তুং (মাঙগী ওন্নতৈনবা নাকন) | তূংবা (পূনশিনবা) |
| নুং (মনুং) | নূং (থৌদু নূং) |

৮। **ব্যঞ্জন ময়েক (consonant) অনী তপশিন্নবা ঃ—** থংননা লৈবা ব্যঞ্জন ময়েক (consonant) অনীদি সন্ধি অমসুং খোঙ্হোক্কী পরম

মতুং ইন্না তপশিন্নগনি। মদুদিঃ— ফম্বা (ফম + বা), হিক্না (হিক + না) ।

য়েংগদবা ঃ- মরম অসিনা ‘ ন ’ গা মদুগী তুং থংবা ‘ ব ’ গা তপ্পববদি ‘ ব ’ গী খোম্থোক অদু ‘ ৱ ’ গী খোম্থোক ওইনা পাবা য়াবগী খুদোংথীবা লৈ। ব্যঞ্জন ময়েক অমগী তুংদা ‘ ৱ ’ তপশিনবা মতমদা ‘ৱ’ গী মখাদা চিংলিবা চৈতেক অসি লৌথোকখি. মদুদি ঃ — ক্বাক, খ্বাই, গ্বা, শ্বা, শ্বায় । মরম অসিনা অনী অসি তপ্পরোইদৌবনি। কনবা, চনবা অসুম্না ইগনি, কন্বা হায়না ইরোইদবনি।

৯। **মীরোনগী ৱাহৈ (loan word) শিং ঃ**— মশাক, মওঙ অমসুং খোনথোক চপ চানা লৈরিবা মীবোনগী বাহৈ (loan words) শিংদি মশা মশাগী বানান মওঙ লেঙদনা থমগনি। মদুদিঃ— পণ্ডিত, মন্ত্রী, মন্দির ।

মনিপুবী খোল্লোক্কী ঈরায-ইনিন মতুং ইন্না মশক হোংলবা মীবোনগী ৱাহৈশিং অদুদি লোন অসিগী বানান কাঙলোন মতুং ইনগনি। মদুদিঃ— তেবশিং (কেবোসিন), বামোন (ব্রাহ্মণ) অসিনচিংবা।

## NOTE

বিভক্তি ঃ ৱাহৈগী মমৈদা অর্থ হোংননবা তপ্পা মতেক অমনি।

অব্যয ঃ — বিভক্তি তপ্পগা মশক হোংদবা ৱাহৈবু অব্যয় কৌই।

সর্ব্বনাম মিংগী (N[illegible]) [illegible] জন্নবা ৱাহৈবু সর্ব্বনাম কৌই।

ক্রিয়া বিভ[illegible] ঃ [illegible] লৈবা অসিনচিংবা খঙহনবা ৱাহৈবু ক্রিয়া কৌই। মদুগী মমৈদা তপ্পা ৱাতেক অদুবু ক্রিয়া বিভক্তি কৌই।

প্রত্যয় ঃ— ৱাহৈগী মমৈদা অর্থ হোংননবা তপ্পা অদুবু প্রত্যয় কৌই।

সম্বন্ধ বোধক ঃ-পোৎ অমগা পোৎ অমগগী মরক্তা লৈবা মরী খঙহন্নবা।

অপাদান ঃ— পোৎ অনী কায়নবা মতমদা পোৎ অদুনা হান্না লৈবম্বা মফম অদুবু অপাদান কৌই।

বিশেষ্য ঃ— পোৎকী মিংবু বিশেষ্য (Noun) কৌই।

বিশেষণ ঃ— বিশেষ্যগী গুণ ফোঙদোকপা অদুবু বিশেষণ কৌই।

ক্রিয়া বিশেষণ ঃ-ক্রিয়াগী গুণ ফোঙদোকপা অদুবু ক্রিয়া বিশেষণ কৌই।

---ঃ লোয়রবা ঃ--

# মতেঙ লৌখীবা লাঈরীকসীঙ

১। শ্রী খেলচন্দ্র সিংহ নিংথৌজম — অরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস ফোঙবা — অইবা মশা।

২। নন্দলাল শর্ম্মা — মৈতৈলোল — ফোঙবা — রাজ ষ্টোর, পাউনা রোড, ইম্ফাল।

৩। থোকচোম থোকাচানপা মীতৈ — (সম্পাদন তৌবা) ৱাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক

৪। এল. ইবুঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র (সম্পাদন তৌবা) — চৈথারোন কুম্বাবা, ফোঙবা — মনিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল- অনিশুবা খুৎনম ১৯৮৯

৫। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ — নিংথৌরোল-লম্বুবা (অহানবা শরুক), ফোঙবা — অইবা মশা ১৯৬৭

৬। আই. এস. কাঙজম — লোনগী ৱারেং, ফোঙবা — শ্রীমতি ইবেম্ন দেবী কাঙজম -- ১ বা খুৎনম ১৯৭৭

৭। ডাক্তর এম. কীর্ত্তি সিংহ — মনিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা, ফোঙবা — প্রো. এ. মুক্তা সিংহ — অহানবা ফোঙবা ১৯৭৭

৮। দা. এস. তোম্বা সিংহ — মৈতৈ লৈবাক্তা য়েক শলাই, ফোঙবা — এস. আব. ইন্সটিট্যুত, ইম্ফাল - অহানবা ফোঙবা ১৯৯৪

৯। ডবলিউ. ইবোহল — 'ডি হিষ্টরী ওফ মনিপুর' গী মরমদা ৱাফম খরা, ফোঙবা - লাইনিংহল ফুলোমপোক নুমিৎ নিংশিং থৌদাং লুপ।

১০। রাজকুমার শ্রী সনাহল সিংহ — মনিপুব ইতিহাস, ফোঙবা — শ্রী ঙাঙোম তোম্পোক সিংহ — অহানবা ফোঙবা-১৯৪৭

১১। শ্রী দিলচন্দ্র সিংহ — খুনুংলোনগী অর্থ, ফোঙবা — অঙৈবা মশা, অহানবা নম্বা - ১৯৬০

১২। — মনিপুরী লোনগী বানান কাঙলোন, ফোঙবা -মনিপুর সরকার - Manipur Gazette, Extraordinary No. 117-E-101, Imphal, July 28, 1969

১৩। — মনিপুরী লোনগী বানান, ফোঙবা — নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, অহানবা খুৎনম ১৯৬৮

১৪। — মনিপুরী লোনগী বানানগী পথাপ ফোঙবা, ফোঙবা — মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, অহানবা খুৎনম ১৯৬৭

১৫। অতোম্বাপু দেব শর্ম্মা — মনিপুর পুরাবৃত্ত, ফোঙবা — অঙৈবা — ১৯৮২ এতচছকীয়, শ্রীপনচমী।

১৬। শ্রী লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহ — নরসিংহ, ফোঙবা — অঙৈবা, অহানবা খুৎনম -১৯৪৮

১৭। উইলিযম কেবী — নিফ তেষ্টতামেন্ত, ফোঙবা — - অইবা মশা, অহানবা খুৎনম ১৮২৭

১৮। থোকচোম মাঙ্গোলজাও সিংহ — মনিপুরদা নোংচুপলোমগী অনৌবা শিক্ষা পথাপ ১বা, ২বা ১সুং ৩ শুবা ভোলুম, ফোঙবা— থোকচোম বাজেন - ১৯৮৬।

1. P.K. Benedict — Sino- Tibetan A conspectus — Cambridge University Press - 1972.
2. G.A. Grierson — Lingiustic survey of India Vol. III Pt. III — 1904.
3. H.B. Hannah — A Grammar of the Tibetan language - Baptist Mission Press, Calcutta-1912.
4. Nandlal Sharma — Manipuri Grammar — R.K. Book Agency-1987.
5. W. Tomchou Singh — Meitei Phonology — Student's Store, Paona Bazar, Imphal -1986
6. Y.M. Parfionovich — The Written Tibetan language — Nauka Publishing House, Moscow-1982
7. Merritt Ruhlen - - A guide to the World's languages — 41 Bedford square, London WCIB-3 DQ-1987.
8. SunitiKumar Chatterji — The origin and Development of the Bengali language (Vol.-1,2 & 3) Rupa & Co. - 1986.
9. R.H. Hall Jr. — Introductory Linguistics — Motilal Banarsidass, Delhı-1969.
10. W.P. Lehmann — Historical Linguistics — Holt, Rinehart and Winston, New York-1975.

11. Albert C. Baugh — A History of the English Language — Allied Publishers Pvt. Ltd., 13/14 Assaf Ali Rd., Delhi-1973.
12. D. Diringer — The Alphabet (Vol. I & II)
13. C.L. Barbur — The story of Language — PAN BOOK'S LTD. London- 1965.
14. S. Bheigya Singh- Edited — History of Land Laws of Manipur — SR Institute, Imphal-— 1997.
15. N. Khelchandra Singh — Manipuri Language and its status.

****

## অঙৈবগী ফোঙখ্রবা লাঙৈরীকশীঙ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | সাহীত্যগী কাঙলোন | — | ১৯৭৫ |
| ২। | স্রেস্থ লোক কথায়েঙ (হীন্দী) | — | ১৯৮০ |
| ৩। | তুলনাত্মক অধ্যয়ন (হীন্দী) | — | ১৯৮৩ |
| ৪। | ভারত সাহীত্যগী ৱারীমচা (হন্দোকপা) | — | ১৯৯০ |
| ৫। | আধুনীক মনীপুরী কহানীয়াঙ (হন্দোকপা) | — | ১৯৯১ |
| ৬। | মৈগী নাচোম | — | ১৯৯১ |
| ৭। | মীতৈ লৈবাক্ত য়েক সলাঈ (সম্পাদন) | — | ১৯৯৪ |
| ৮। | কপসৈ | — | ১৯৯৫ |
| ৯। | মীতৈলোনগী ঈতীহাস অমসুঙ বানান | — | ১৯৯৮ |